# লম্নাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙগী
# য়ুম্নশা কৈশারোন

(Architecture of the Visnu-Temple of Lamangdong)



৺৪ বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্ম

ন মেনুস্ক্রিপ্ত লাইব্রেরী, ইম্ফাল
ঃ ২০০০

# মমাংদোংগী বি[illegible]ংগী
# য়ুমশা-কেংশারোন

অইবা : বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা

অফোংবা : বি: রোমন মেনুসক্রিপ্ত লাইব্রেরী, ইম্ফাল
খৃ: ২০০০

# লাইরিক্কী ৱারোল

১। লাইরিক মমিং : লম্বাংদোংগী বিষ্ণু-শাইশংগী য়ুমশা-কৈশাবোন,

২। অইবা : বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা
ব্রহ্মপুর, থাঙ্গপাৎ মপাল, ইম্ফাল
৭৯৫০০১।

৩। অকোংবা : বিঃ রোশন মেনুসক্রিপ্ত, লাইব্রেরী, ব্রহ্মপুর

৪। লাইরিক মখুম অমসুং ফোটো : জিঃ সুশ্রী দেবী, নাগা মপাল, ইম্ফাল।

৫। লাইরিক নম্ফম : নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস,
পাউনা বজার, ইম্ফাল।

৬। লাইরিক ফোংবগী মতম : সেপ্তেম্বর, ২০০০ ইং

৭। লাইরিক ফংফম ; রাজেস বুক স্তোল, গভর্ণর রোড মচীন
সেণ্টেল লাইব্রেরী মনীঙ, ইম্ফাল।

৮। লাইরিক্কী হক : অইবগীনি নৎত্রগা মচানুপাগীনি।

৯। লাইরিক্কী মমল : লুপা ৫০/-

# লাপ্থোকচবা

"লম্মাংলোংগী বিষ্ণু-লাইশঙগী যুমশং-কৈশারোন্" কৌবা লাইরিক অসি যাম্না খঙ-হৈয়ে হায়ত্নুনা ইজকবা মতে, ভারত সরকারগী আর্কিওলোজিকেল প্রোটেক্সনগী মথাদা লৈবা লাইশঙসি ইন্দিয়ানাশংনা শেরাম্নবা লৌরিবা অমসুং লোখিগদবা অতুদগী কন্নবগী পান্দমদা ইজরুবনি। অসিগুম্বা লাইশঙ অমতা ইন্দিয়াগী লমথে মনুংদা লেতে অদুবু মখোয়গী আর্কিওলোজিকেল অমসুং হিষ্টোরিকেল রিমেন্স প্রোটেক্সন অমসুং প্রজাভেসনগী মনুংদা লৈরবসু মানপুরসিন, লমথে-ভমথে ওইবা লমদা লৈবা অমসুং অমাপকপা ষ্টেট ওইবাসিনা মখোয়না কয়া থোশা-রাশাবিদে। মসিদসু নত্তে উখ্রুলগী খঙখুই শুরুংদা ফংবা প্রিহিষ্টোরিক ফাইন্দিং; সেঙা লখোইচাঙ, চেরাওচৌঙনাচিংবগী হিষ্টোরিকেল পেরিওডকী ফাইন্দিংনাচংবা অমতা ইন্দিয়াগ মফম অমতদা ফংখিবা লৈথিদে অদুবু মখোয় ইন্দিয়ানশিংনা খঙন-খঙনমক থোশাদে। মখোয়গী কোলোনাইজর ব্রিটিশশিংনা ফাওবা মখোয়গী আর্কিওলোজিকেল সাইটশিং অমসুং ফাইন্দিংশিং পুথোকপীরম্মা, ঙাক শেন্দুনা থম্বারম্মী অদুবু মখোয়দি মায়কৈ অশোমদা পুক্লাঙ কয়া চঙদবগুম উজে। অদুবু ঈপোং মাঙখিগদবগা শরুক চেবাংগী লমায়দা তাদুনা লৈহৌরবদি ভুংদা লাকপা কনানা খুনগংপীরবা য়াই হায়বসিগী রাখল্দা/আশাদা লাইরিকসি ইজরুবনি। মসিদা অশোয়-অরান কয়া য়াওরম্বা য়াই, মতুংশিংদু চুমথোকপীরকুবা, খঙজদবা ঐবু খঙহনবানবা, মতুংশিংদু চুমথোকপা ভমহনবীনবা থাই ময়ামগী মফমদা লাইরিকসি লাপ্থোকচরি। অশুম্বা চেদা ইথুনা লাপ্থোক-রাহৈ হঙ্গংচবাসিগীসু ঙাকপীনবা নীজরি।

অইবা : বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা

# লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙগী য়ুমশা-শঙশারোন য়াওফম তাকপা

# লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙগী য়ুম্শা-কৈশারোন্

## (ARCHITECTURE OF LAMMANGDONG VISNU TEMPLE)

## হাঈদোক

লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙ্, মৈতৈ-হিন্দু বৈষ্ণব শাখাগী বিষ্ণু ভক্তশিংগী মচৎ-মনাংকী থাজনদগী চংনরকপা লাইনীঙ-লীচংকী ঈচেলগী পরিং শক্তাক্লিবা মমাঙ্ ঙৈগী নীঙশিং'ফুরা অমনি। লাইশঙসিগী শুমহং'য়াইদি অম্রিবা মমাঙঙৈগী পোৎলম-চৈরম অমসা পীবা খুদোলনি।

শকম্ পুন্নরা লেপফম্-লৈফম্ তাকপা

অমাং-নোংপোক ভারতকী মতাম-চীদায় ওইনা মতোন ঈথং থংবা ভারতকী ষ্টেট অমসুং অমসুং য়ুনিয়ন টেরিটোরী অমগা মরিসিগী লমজাও-লমদম মনুংসিদা পার্ট "সি" ষ্টেট অমা ওইনা খৃঃ ১৯৭১ দগী লেপলক্লিবা মনিপুরগী খা-নোংচুপ থংবা তম্পাক। চীদায়, ষ্টেটসিগী কোয়্হুং অমসুং অখোইবা কংলৈ ইম্ফাল টাউনগী ময়ায়মক্তদগী কিঃ মিঃ ২২ লাপ্না লৈরিবা স্মোল টাউন লম্মাংদোং/বিস্নেনপুরগী খা খুল্লক ওইরবা মফম, থোংজাওরেল চীঙজাওগী মমাঙ/নোংপোক থংবা শরক্কী থোংজাওরোক লোক-চাওগী চীঙখোঙ-চীঙয়াগী লমজাওগী মনুংদা খা থংলিবা শরক্কী থোংজাওরোক্ তুরেলগী ওয়া থংবা তোর্বানগী অরাং থংবা লোইয়া কময়াগী লমদম, লম্মাংদোং-কৈথেল হেন্দোক্লগা য়েলহাং চংখিবা

লম্বীদা থজিক্তং চথরগা নোংচুপ পাংনা হাইজিনথ্রিবা থায়নগী কছার চংনবা লম্বী ওল্ড কছাব রোড [ Old Kachar Road ( তোংবৈ মরীন্ লম্বী, লাংজীঙদগী মাক্লং তারগা লোইজীঙ-ফোওইচীঙ লান্দুনা চীঙলক্তা চৎথ্রগা মাইবোঙ য়ৌথিবা Old Kachar/Dima-sa/Maibong Road তু নত্তবা বৃটিশনা শেম্লম্বা লম্বা ) ] দা। চঙশিল্লগা লম্মাংদোং কৈথেলগীদি মনীঙগী থা ওই-রম্লা নোংচুপকী লম্নকসিদা একর ০ ৬০৬ কা পাক-চাওবগী মফম অমথক মীগী পাট্টালেগুদা কন্দুনা লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙ অসিনা ঙসিগী মীরোন্দা হৌথ্রবা পারারী-পুন্নারী লীহুনা লৈরি।

## মিংয়েংগী পন্থৈন্নুংদা তারিবা শক্তম্

লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙ্ সিনা অচম্বা মিংয়েংগী পন্থৈন্নুংদা হেক চঙলকপদা পুরিবা শক্তম্‌দি মরেপকা মঙানগা য়েংনবদা মরেপ্লা ঙম্বা মতৌদা মকোক্তা হিন্দু-বৈষ্ণব লম্বোইবগী কোকথুম তুবী উপপা মশাগী শক্তম অমা মশানা কোক্‌থোং পুরগা নাকন্দা নাকন-চাবোক্ লম্বোই'তুবী উপপা মচা অমা য়েপ্তুনা পোবগুম চেপ্লা য়েংবা মিংয়েংদা তাই। থর নকশিল্লক্লগা পুমম্লান ওইনা য়েংবদাদি মরাক-মম্লুং মাম্লবা উগী নত্রগা অথাবা শম্বীচেগী উপু অনিথক, লোনথৎনবদা অনিহুগী মথক থংবহুদি বোল অকাম্বী (Rubber balloon) না নত্রগা ফুটবোল মম্লুংগী নোংশিং হান্নবা রবম্নগী ইম্নর-বোলহুগী মথক্ত মতোন কোয়রপ তৌনা রাংথৎহন্দুনা তোপশিন-উপশিল্লগা মথা থংবা উপুহুগী মথক্তা লোনথৎ-থোন-গৎলগা থীন্দুনা থম্বগী শক্তম পুবগুম তৌই।

অমুক থর হেন্না নকশিল্লক্লবা লাপ্লপ্লা মিংয়েংন্নুংদদি উরিবহু চেক্লা শাবা শঙনি হায়বহু থঙবা ঙম্নকই, চেকলোনশিংগী কারক্তা

মতমগী তাম্থাদা ওল্লিবা চহিগী উংলিবা কুম্বী কালেনগী খোঙচং ওইরিবা পান্থাশিংগী অঙ্গৈং-অশানা কোমথোকহল্লকপদগী নোংশিং অমম্থুং নোংলীকশিংনা শত্তোক্লুনা লৌথোকপীগ্রবা চেক-চন হীদাকী মকম-মকমশিং হাং-হাংছুনা লৈরিবশিং মরক্তা চেকশিং মথং-মথং লোনথং-চনথংনবগী মরোন-মরোন নাইরিবছু উবা ফংলকখি। অম্মুম্না মিংয়েংগা লোইননা খোঙনা পুশিল্লক্লুনা বিষ্ণু-লাইশঙছুগী লমজঙ-শঙতপুগী মিটর ৫/৬ লোমগী লমদা য়োৌরকখি।

## য়ুমশা-কৈশারোন্গী মিংয়েংদা

বিষ্ণু লাইশঙসিগী শক্তনসি উরুরগা মাঙগী অথঙ-অহৈশিংনা লাইশঙসিগী মরমদা পাউদম্নম্বশিংছু নীঙশিংলকখি অমম্থুং মথোয়গী রাহৈশিংনা য়েক্লম্ব লাইশঙসিগী শক্তমগী শরুকশিংছু অমমম্ য়েং-লুবদা, অশেংবা মুংঙাইবছু মিংনা কোক্তা পুশিল্লক্লগা রাখন্দা পীরকখি।

লাইশঙসিবু য়ুমশা-কৈশারোনগী অথঙ-অহৈ অমা ওইনা ইন্দিয়ান আর্কিটেকচরগী মিংয়েংদা থ.াইদগী ঈহান হাননা উখি-য়েংখিবসি ভারত সরকারগী শিক্ষা মন্ত্রালয় ( আর্কিওলোজী ) গী ইন্সপেক্সন অফিসার শ্রীমধো সরুপ ভাট্স ( Respectable Madho Sarup Vats, Inspection Officer, Ministry of Education, Govt. of India ) নি। মহাক্কা মহাকী রিপোর্ট অসি খৃঃ ১৯১২ দা গভর্ণমেন্ট ওফ ইন্দিয়াদা থাগৎখিবগা লোইননা লাইশঙ অসিবু ঙাক-শেনবগী থৌদাং ভারত সরকারনা চহিসিমক্তদা লৌখ্রিবনি। অদুগা শ্রীভাট্সনা মহাকী অইবা

মরোলসি/রিপোর্টসি অমুক হন্না খৃঃ ১৯৫৯ গী "বিশ্বেশ্বরনন্দ ইন্দোলোজীকেল পেপর সেরিজ (Visveshvarananda Indological paper series) গী ৪০ শুবা চেপ্তোং (১৯৫৯) দা লোইসদোকখি অমসুং শ্রীভট্ সনা রিপোর্ট অসি খৃঃ ১৯৬৩ গী ইন্দিয়াগী গেজেট্রিয়ারদা এমঃ ভট্টাচার্য্যানা ইডিট তৌবা 'মনিপুর' লৌরুক অমগী এপেন্দিক্সতা হাপ্তুনা পাউজেল য়েন্নবা থোরাং লোয়দা গেজেট্রিয়ারদু চৎনবিদবগুম তৌখি। মসিগী মথা চৎথরক-পনা অনৌবা মনিপুরগী অনৌবা মীয়োনগী অখঙ-অহৈ কয়ানা মানা-মানা থঙবা উবা পুথোক্লদুনা শমথনরকখি। অসুম্না বিষ্ণু-লাইশঙসিগী য়ুমশা-কৈশারোনগী ওইবা অউবা-অয়েংবশিংগী মিংয়েংদা তারিবশিংদু খিজিন-হুমজিনরগী মমদাংদা চৎথনরকখি।

# বিষ্ণু-লাইশঙগী য়ুমশা-শঙ্শাগী মওং-মতৌ (ARCHITECTURAL STRUCTURE OF VISNU TEMPLE)

লম্বাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙসিগী য়ুমশা-কৈশারোনগী ওইবা য়ুমওং-শঙওং অসি চুমগী মিংয়েংদা উরিবা মতৌ অদুথক্কনদি য়ুমশা-কৈশারোনগী মহৈ-মশীং হৈরবা অমসুং শীল্লম-শীঙ্গোঙ্ থঙলবা অখঙ-অহৈশিং, হিরম অনিসিদা শীনকম-শীম্বা ওইনরিবা খুংহৈ-শীনহৈবা, খুংনাই-শীন্নাইবশিং অমসুং হিরমশিংসিবু মায়-পুরনা খিজিন-হুমজিনক্লিবশিং অমদি মহৈ-মশীংশিংসিবু ভমথং-লাদ্থলক্লিবা মহৈরোইশিংগী মকমদদি অপেন্বা পীবা অমসুং মংফনরা ওমদে। খুদক্ক ওইনা, লাইশঙসিগী শঙওং-শঙদাসিদা মীচম চানা শ্রীভট্ সনা য়াহৌ ওইনা হৌরিবা—

The temple of Visnu is a square brick structure of two storeys. It has a rectangular entrance porch on the south with a corbelled ceiling ... ( M. M , 1983, 33 & M. B., 1963, XXXVII ).

## Transcreation into Manipuri/Meiteilon.

বিষ্ণুগী লাইশঙ অসি ময়াক-ময়ুং মায়বা য়ুম্ফমদা, চীথেক মরি নাইবদা মথোন অনি নাইনা/থোননা শাবা চেক্নী শক্তম অমনি। মসিগী ময়াক ময়ুং নাইবদা ময়ুংনা হেনবা লমজঙকম ওইনবা অমা চেক্‌শঙ শঙলেন মশাহুদগী চুমথ্রিং হেক্তা ইথোক্লকবা শকক্তুগী য়ুমথক্কী শরুক অপুম্বদু পুমথুং-থুংবা লপলেন-লপজাও (Ceiling) হাপপা শঙতপ (Porch) অদু চেকশঙ শঙলেন্দুগী খা থংবা মায়কৈদা লৈ ...।

অসিনদি লাইশঙসিগী য়ুমশা-কৈশায়োনগী অথুম্বা মহৈ-মশীংগী মরমদা থোইদোক্লা মঙাল পীবা ঙমদে অমম্বুং শঙসিগী মরু ওইবা শরুক মথৈথক্তুগী মশক তাকই। শ্রীভট্‌স মশান' শীজি-য়রম্বা, হৌজিক্তা অনৌবা মতমগী অথঙ-অহৈশিংনা হিরমসিদা খুৎলোইনা খুৎ থানরিবা পান্থৈসিদা বিষ্ণু-লাইশঙসিগী মওং-মতৌ থাননবগীদমক্তা মথাগী অসিগুম্বা ইননবগী শরুকশিং থায়দোকচরি :—

১) মপানগী ওইবা মওং-মতৌ (The External Structure)

২) মনুংগী ওইবা মওং-মতৌ (The Internal Structure)

খুংখায়দোক অসিদা 'মপান' অমসুং 'মনুং' হায়বা অনিসিনা শঙবন্নিবসি লাইশঙসিগী চেক্টা কক্লাংগী মপান থংবা শরুক্তা লৈরিবশিং অমসুং কক্লাংগী মনুং থংবা শরুক অমসুং মতুগী মনুংদা লৈরিবশিং অতুবুনি। মখোয়গী মওং-মতৌগী মরোলশিংদি :—

১) বিষ্ণু-লাইশঙসিগী মপানগী ওইবা মওং-মতৌ
(The External Structure of Visnu Temple)

মথক্তা পাউদমজখিবা বিষ্ণু-লাইশঙসিগী 'মিংয়েংগী পনথৈনুংদা তারিবা শক্তম' হায়বসি লাইশঙসিগী মপানগী ওইবা মওং-মতৌ অসিগী শরুক অমনি। মসি অরাপপা অমদি অনকপগী মরী লৈনবা মচাক (Relative factor of distance) কী মতুং-ইন্না মিংয়েংগী মপাঙ্গল অমসুং মিংকী মওয়া শক্লোন পুবগুম উবনি। অতুবু য়ুমশা-কৈশারোনগী মিংয়েংসিদদি শক্লোন পুথা য়াদে, মশক শক্তম হোংবা য়াদে। মরম অসিনা থুনা পাবদা মুংঙাইনবা অমসুং ইবদা থুদোং চানবা মথাগী অসুম্না লাইশঙসিগী শরাং য়াখোকচরি, মখোয়চুদি :—

I) য়ুম্ফম-শঙফম (Plinth/Base)
II) শঙখোঙ-ফম্বাক (Pedestal/Plateform),
III) লমজঙ-শঙতপ (Porch/Porticus),
IV) লাইশঙ-শঙলেন (Sanctum/Cathedral)

অসিশিংসিনি। থায়দোক্লিবা কায়াৎ মরিসিগী মনুংদা মরু ওইনা থাইনা থাইগী লাইয়ুম/লাইশঙ ওইনা থঙন-লোনরিবসি অকোনবগী অসিনি, মরমদি মসিগী মনুং অসিদনি লাইনাওলোনগী মরু ওইবা অশোংবা মকম লৈরিবসি। মকমসিদা লাই/বিষ্ণুগী লৈকম্নি ;

ঈরাং-থৌনী, লাইশোন-তানশোন, পুজা-লাংজানচিংবা পুম্নমক্কী তৌফম/তৌনফম্নি, হায়বসি খ্বাইনা হেননা খঙনরবা য়াফম্নি। অদুগা মথক্কী অহুম অসিদি মসিগী ঙাক্ক-কয়ব, লমজঙ-লমথোক মুংঙাইনবনচিংবগী ওইনা, চঙদবা য়াদবা কায়াৎ/শক্কফিং ওইজ-রবসু ম-শা ওইবশিংনি।

(1) য়ুম্ফম-শঙফম (Plinth/Base)

লাইশঙসিগী য়ুম্ফম নত্রগা শঙ/য়ুম পুরিবা শঙফম অসি চেকশিংনা মরোন-মরোন লোনখৎনরগা খ্বাইগী ওইরিবা লৈমায়-দগী চপ য়ুংখৎনা (Vertical) নত্রগা লৈমায়দা পার্পেণ্ডিকুলার (Perpendicular) ওইনা পুঙ থোনবগুম পাক্কা-শন্না অকক্কবা পাক-চাওবা লমথৈ অমদা থোনগৎপনি। অস্থুম্না চেকশিংনা লৈমায় মথক্কা শন্দোক্কা থোনগৎলগা মহুগা মথক্কী মমায়/লৈমায় য়াই তৈবগুম তৈহনা নানহন-ফজহনববু মমাঙঙৈগী মতমদা ঈঙ্গ্র তৈবা (চৈং কু: ১৯৮৯, ১১৩)। শিংপা হায়না কৌনরম্মী। হায়রিবা চেক্কা য়ুম্ফম থোনগৎপসি হৌজিক্কী মতমদা শেনথুমগী ফিবমগী মথা পোনবনা কয়া তৌনদ্রবসু মমাঙঙৈদদি তৌনরম্মী হায়বগী খুদম লাইশঙসিনা ওইরি। অদুগা মসিগা মায়দনা হৌজিক্কসু তৌন-রিবা লৈখোম থোকপগী মুংঙাইতবা নত্রগা মরম অমগী হেক্কা লৈমায়দা চেক্কী চেকলোন অমা/অনি শুমাঙ/মাঙ্গোন থুংনা পাক্কা শন্দোক্কনা থাবা অাসসু থায়নদগী চৎনরক্কবনি, হায়বগী খুদম, বাক্কনীচাঙ/নোংমাইজাঙগী চীঙথোঙদা লৈবা লফুপোকপী হায়না খঙনবা মফম অহুদা মৈতৈগী মবুংঙো গরিবনিবাজনা মহাক্কী লাই-নীঙ হীরী কোনফম (Meditation site) শেম্নবগী চেক্কা লোনখত্তনা শাবা ফমথক-ফম্বাক অহুগী অকোয়বদা মিটর ৫০ মুক

পাকপা মিটর ৪০ মুক শাংবা লম/মফমগী শরুক্তা পাক্লা লৈমায় থুংনা চেকলোন ১/২ গী চাংদা থারম্বহু খৃঃ ১৯৯৪ গী মনিপুর য়ুনিভরসিটি M.U. গী চহিগী অতম্নবা এক্সেভেসন্দা থেংনখি। হায়রিবসিদগী হেনবা ওইনা লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙসিগীদি চেক ঙাক্তনা য়ুম্ফমসি থোল্লম্লিবনি।

লাইশঙসগী য়ুম্ফম-শঙফম্সি থোল্লম্লিবা চেকশিং অসিনা মসিগী মথক্তা শাগংথ্রিবা শঙথোঙ-ফম্নাক নত্তনা অতৈ মথক্কীশিংসি শাবদা শীজিন্নরিবা চেকশিং অসিদগী মগুন ময়াইগী থাক্তা অমসুং চাংদা ফবা হেল্লি হায়বসি মথক্তুম্ন পঞ্জখ্রে। য়ুম্ফম-শঙফম অসি চাওরাক্লা চেক্লোন্ মঙারোম লোনথংনহুনা থোনগংপগী ফিবমদা থেংনজে। হায়রিবা চেক অসি অমগী অথাবা সেঃ মিঃ ৬.৩৬ লোম্লি। চেক্লোন ৬ (তরুক) চনথংপসিগী চেকচন-হীদাকী/পোংচাক্কী শরুক্কী অথাবগা য়াওরগা পুল্লপ্পা থোনগংলিবা য়ুম্ফম-সি সেঃ মিঃ ৫৪/৫৫ রোম য়াংই। অহুবু হায়রিবসি, হায়রিবা লাইশঙসিগী শরুক থর ঙসিদগী চহি থরগী মমাঙদা পাল্লোইবা/রিপিয়ার (Repair) তৌথিবগী খুদম তাকপা ওইনা হৌজিক্কী মতমগী অনৌবা চেক (Modern brick, size : 2 .86 × 9.5 × 6 56 cu. cm. শিং হাপচিন-য়ানশিন্দুনা শেম্নবসিনা য়ুম্ফম শঙফনসিগী অরাংবসি চুম্লে, শোয়দ্রে হায়না হায়জবদি ঙমজদে।

লাইশঙসিগী য়ুম্ফম-শঙফম অসিগী মথক্তা শঙথোঙ-ফম্নাক লৈরগা মহুগা মথক্তা লাইশঙ-শঙলেন (Sanctum) অমসুং লমজঙ-শঙতপ (Porch/Porticus) অনিমক অসি শারিবনি।



লাইশঙ—শঙলেনসি মরাক-ময়ুং মান্নবদা মি: ৩'৫ গী অশাংবনা মায়কৈ/নাকল মরিসি অমমম কোয়রিবনি। অতুগা লমজঙ-শঙ-তপ অসিনা মরাক-ময়ুং নাইবদা ময়ুংনা হেননা চীথেক মরি শাইবগী ফিরেপ্পা লৈবা, লাইশঙ শঙলেন মশাসিদগী শাংদোক-ইস্থোকাথবা শক্তম্নি। মসিগী ময়ুংগী অশাংবনা মিঃ ৩'১ নি। মরম অসিনা য়ুম্ফম-শঙফম অসিনা পুম্না কল্লিবা লম অসি অশাংবদা মি: ৬'৬ (মি: ৩'৫ + মি ৩'১) নি: অমসুং অপাকপদনা মি: ৩'৫ নি। মায়কৈ অসিগী মিংয়েংদা য়েংলুরগা মসি চাওরাক্লা রোমান আলফাবেটকী কেপিটেল লেটরগী টি (Capital letter 'T' of Roman alphabet) মাল্লি হায়না পীনবমু য়াওই (MM, 1983,7)। অতুবু মসিগী অশেংবা শক্তমসিদি মথোক তেনবা য়োংকী শরুক্লা চাওবা মুঙথং (Hammer) অমগী নাকচেক-নাকল্দগী উবা মওং-মতৌতুনি।

(II) শঙখোঙ-ফম্বাক (Padestal/Platform)

লাইশঙসিগী শঙখোঙ-ফম্বাক অসি য়ুম্ফম-শঙফম (Plinth) গী হেক মতোনগী লৈমায়দগী নাকল অনিমক্তা অমমমদা সে: মি: ২/২ রোম চঙশিল্লগা মসিগী ওইবা ফম্বাক-খোঙ (Base of the pedestal অতু হৌরকই। মসি, থাক অমমমদা সে মি: ৪/৪গী চাংদ পাকপা থাক মঙা (৫) থক অপাকপদগী চপশিনবরোমদা হঞ্জিন-১ খিতুনা চেকলোন খুদিংগা চঙশিনখিতুনা থম্বাকসিগী মথক ঈথং থংবা লৈমায় অতু মখোঙ (Base)গী পাক চাওবগী নাকল নত্রগা মায়কৈ মরি (লাইশঙ-শঙলেনগী) অমসুং অতুম (লমজঙ-শঙতপকী

হক্তিন-চঙশিনখিচুনা মসিগী পাক-চাওবা নত্রগা মরাক ময়ুংসি শঙলেনগীদা মি: ৩'৩×মি ৩৩ অদুগা লমজঙ-শঙতপকীদা মি: ২১× মি: ১'৩ গী চাংদা লেপ্পুনা লৈ। অমুম্না



লোইরোই লোইরোই ওমথং-হন্দুনা থাংগৎখ্রিবা শঙথোক ফম্বাক (জাগতি/Jagati = Stylobate) অসি চেকলোন ৫ রোমগীনি। মসিদসু চেক অমগী অথাবসি সে: মি: ৬ ৩৫/ ৬'৩৬ নি। মসিদা চেকচন্-পোংচাক্কী অথাবগী চাংসু হাপকৎলগা শঙথোঙ-ফম্বাক (Pedestal/Stylobate) অসি য়ুক্ষম-শঙফমগী মথক্তুগী সে: মি: ৪৫/৪৬ রোম য়াংখৎলি অদুগা থ্বাইদগী ওইবা লৈমায়দগীনা চাওরাক্লা মি: ১ রোমগী চাংদা য়াংখৎলি। মসিসু অনৌবা রিপিয়ারিং তৌখিবগী খুদম লৈবসিনা য়ুক্ষম-শঙফম্না অরাংবগী মতাংদা নংথিবা লাইবক্তু অদুম নংই/ফংই। অদুগা ফম্বাকসিগী মতাংদা য়ুমশা-কৈশারোনগী মহৈ-মশীংগী মিৎয়েংদা থ্বাইদগী ঈহান হানা খুৎমাখিবা শ্রীভটসনা থম্নম্বা য়ারোলদি :—

.. ......Starting from the base, the plinth is first vertical and then stepped back in six receding courses, the top of which corresponds to the floor level of the shrine.

(Ibid, 33 & M. B., 1963, XXXVII)

(III) লমজঙ শঙতপ (Porch/Porticus)

বিষ্ণু-লাইশঙসিগী লমজঙ-লমথোকফম লম্বীগী মথক কুপ্পা -শঙ ওইনা শারম্লিবা লমজঙ-শঙতপ অসি চাওরাক্লা মিটর অমরোম

রাংথংপা য়ুম্ফম-শঙফম অমসুং শঙথোঙ-ফম্বাক (Plinth and pedestal) অনিগী মথক্তা শাবনি হায়রবসি মথক্তসু পঙ্গন্রে। মাস লাইশঙ-শঙলেন (Sanctum/cathedral) গী থা থংবা মায়কৈদা শঙলেন মশাগা শম্মনা শারিবনি। হায়রিবা লমজঙ-শঙতপ অসিনা লাইশঙ-শঙলেনগী শ্রীবিষ্ণু/লাই লাংলিব অশেংবা মফম নত্রগা যাগ-যজ্ঞ/পুজা-পুষ্পাঞ্জলি তৌনফম অদু য়োৌনা চঙবা/চঙনবশিংবু পুশিন্নবা লম্বী ওইবিবনিনা লমজঙ-শঙতপ অসিনা মতীক মগুন চাওরবা লাইশঙ অসিগী মায়ওন-মায়কৈ লেম্লিবা, লম-তাকপা কম্পাস ওইখ্রি।

লাইশঙগী লমজঙ-শঙতপ অসি লাইশঙ-শঙলেন্দুদগী চুমথ্রিংননা হেক্কমক শঙলেনগা শোরু-শম্মনা ইম্বোক-হেন্দোক্লকবা চেক্কী য়ুমথক্ অমসুং য়ুমথক্কী মথাদা থাবিবা য়ুমথক-লপলেন/লপচাও (ceiling) য়াওনা তাইন-তপশিন্নদুনা শেম শাবা শঙতপ্নি। মসি, অপুনবা লাইশঙসিগী শঙথোঙ-ফম্বাক্কী মথক্তগী মি ৩ (অহুম) রাংই অমসুং হায়রিবা অম্রাংব-সিগী মতোন-তোল্লেন অদুনা লাইশঙ-শঙলেনগী মশা অপুম্ব-দুগী ময়ান্নদা। থংগশেং-থংগলাক লৈতেংগুম লাক্লি-তোপ্লিবা পরিং-পরেংশিংদু (cornice) য়োৌরগা কোয়না য়ুবী মনীঙগুম কাপ্থংখ্রিবা য়ুমথক্কী মতোন অদুনা লৈতেংগী পরিং-পরেংশিং (Cornices) দু লানথংখিদুনা অনিগুবা মথোনগী মমায়গী মথা ওইরপ্না ময়ায়দা লৈমায়গা মত্রাংননা (পেরেল্লেল : Parallel) ওইনা মরাক-ময়দ নাইবা খোঙফম-উফম ওইরিবা অশাবা/মীনম্বা



থোঙনাউত্থগী ময়াঙ্গীগী মপা হেন্‌গংলুই। হায়রিবা লমজঙ-শঙতপসি মন্নাক-ময়ুং নাইবদা ময়ুংনা হেল্লগা চীথেক মরি নাইবা (Rectangular) গী ফিবম-ফিরেপ্তা শাবনি হায়বসি মথক্তা হন্না হন্না হায়জগ্রে। মসিগী অপুনব' ময়ুংগী অশাংবনা মিটর ২`১০, পাকপনা মিটর ১৩ নি। অদুগা চেক্কী ফক্লাংগী অথাবনা-- ময়ুং ইন্‌বা ফক্লাংদা সে: মি: ১৯ লোম্নি অমসুং মন্নাক ইনবা ফক্লাংদনা সে: মি: ৮০ য়োম্নি।

লোইশঙ মশা পুম্নমকসিগী মায়ওন অদু লমজঙ-শঙতমসিনা পুরিবনিনা, মসিগী মমাঙ থংবা চেক্কী ফক্লাং অদু লমওক্লফম-মায়-য়োক্লফম ওইমা লমজঙ-থোঙ (Entrance-door)পাল্লি। হায়রিবা



লমজঙ-থোঙ অসি ডিগ্রী ৭০/৮০ য়োমগী কাচীন নাইবা (Acute angle of C.70°/80° কোন্‌-না/ কাচীন অদুনা মথক থংলগা পাম্বোম অনিনা মান্নবা ফক্তোক্তুনা পুথরক্লগা মন্নাক (C. 1·1 m) ময়ুং (C. 2·20. m.) নাইনা কাচীন মরি নাইরগা ময়ুংনা হেনবা উচন-উকম (Rectangular form) অমগা শমজিন্নদুনা কাচীন (মঙা) ওইবা মওং-মতৌ (Pentagonal figure) গী ফিবম-ফিরেপ ওইবা থোঙ অমা শঙথোঙ ফম্বাক্তা য়ুম্ফম ওইদুনা পাল্লি। থোঙ অসিগী অপুনবা অৱাংবসি চাওরাক্তা মিটর ২ ৫ য়োম্নি অদুগা অপাকপনা মি: ১`১ য়োম্নি। হায়রিবা থোঙ অসি নত্তনা লাইশঙ মনুংদা চঙনবা অতোপ্পা থোঙ/লম্বী অমতা লৈতে।

লাইশঙগী মায়ঙন ওইরিবা লমচঙ-শঙতপ অসিগী ময়াঙ্গীনা, ময়াঙ্গী ওইরগা পাল্লিবা থোঙ অসিগী থোঙথোঙ-লৈমায় অসিদগী খ্‌ৱাইগী ওইবা লৈমায় ফাওবদা কুমথনবা চেক্কী ফম্বাক কৈরাক শাবা (Stair or step) অমা চেক্না চনশিন্দুনা হাপলি/পাল্লি। হায়রিবা ফম্বাক কানবা কৈরাক অসি থোঙদাফম থাক ৩ (অহুম) পাল্লি অমস্তুং থাক অহুমসি অমমন্না সে: মি: ৩৩·৩৫ রোমগী চাংদা য়াংই।

লাইশঙসিগী লমজঙ-শঙতপ্তা পাল্লিবা থোঙ অসিগী নাকল য়েং-ওয় অনিদা মথাগী শঙথোঙ-ফম্বাক্কী লৈমায়দা ফক্লাং-য়ুম্বীদগী তাথবগী চাংদগী চেক অমগী অথাবগী চাং (সে: ৬·৫ লোম) দা হম্বনা লাক্লিব। ফক্লাং চেকথোঙ/শাঙথোঙ (Base of the wall) গী অকোয়বা অহু চোক্লান অনিগা অথাবগী চাং সে: মি: ১২·৭০ রোম) দা শঙথোঙ-ফম্বাক্কী লৈমায়দগী য়াংথৎমা কম ওইনা লাক্লম-গা মহুদগী চেকলোন অমগী চাংদা কুৎশিন-হঞ্জিনখিহুনা কাখৎথ্রিবা পরিং অসি ফক্লাং-য়ুম্বীগা তাইনবা ফক্লাংগী চেক্লোন্দগী অমস্তুং ফক্লাং-য়ুম্বীগী চেক্লোন্দগী চেক্লোন অনি অমস্তুং অহুম মথং শিংনা তুংলোমদা/নাঁঙলোমদা চঙশিন হঞ্জিল্লি। হায়রিবা কুৎশিন-হঞ্জিনবা পরিংসিনা কাখৎখিহুনা থোঙথক্কী থোঙবা মতোন তুমথৎনা ডিগ্রী ৭০/৮০ গী কাচীন/কোন-না শাবা (Angle) অহুগী মথক্কী চেক্লোন অমা ফাওবা চৎথৎখি অমস্তুং চৎথৎলিবসিদা মথক্কী ডিগ্রী ৭০/৮০ গী কাচীন/কোন অহুগী পাম্বোম অনিহু মান্নবা ফাকথহুনা কুমথরক্লিবা অহুনা মরাক্ত-ময়ুং নাইনা চীথেক মরি নাইগদোবা মঙং-মতোংগী ফিরেপ (Rectangular form) অহুগী মচীন্দা চেক থেংবা-শোকপা মফমহুদগী ফক্লাং য়ুম্বীদগী হম্বোকলকপা

কুংশিনবা ফক্লাং লৈমায়হুদগী চেক্লোন অনিগী চাংদা থাগংনা শন্দোকখিহুনা থোঙগা-থোঙবা শরুক লোয়বা ফাওবা য়ৌখি। অহুগা কুংশিন-হুঞ্জিনবা ফক্লাংসিগী মতোল্লোমদা ডিগ্রী ৭০/৮০গী কাচিন লৈরিবা অহুগা মথক্তা চেক্লোন অমগা অরাংবগী চাং ফাওবা কাথংলগা লোয়শিন্দুনা, মরক্তা ফক্লাং-মুম্ব দগী ইস্তোক্লকপা চেক্লোন অহুমগী পরেংনা মবক থংলবস্তু কুখবা ফক্লাংহুগী মথক মথা হুনা মরাক-ময়ুং নাইবদা মবাক্লা হনবা কুখ-হাঞ্জিনবা পরেংগী উচন য়ুম্ফম অমা শেমই। মসিনা লমজঙ-শঙতপ অহুগী ফক্লাংদা লৈতেং হাপ্পগুম তৌই।

লমজঙ-শঙতপ আসগী য়ুমথক অসিগী মথা থংবা শরুক অসিদা লাইশঙ মমায়গী নত্রগা শঙমায় ওইরিবা অহুগী মথক্তা হায়খ্রিবা কুংশিনবা ফক্লাং লৈমায়গী মথক থংবা শরুক্কী চেকলোন অমা থাগংনা লাক্লগা মহুদগী অমুক্তু চেক্লোন অমগী চাংদা থাগংনা ফক্লাং থুংনা চাং মাম্লনা হাইগংলক্লগা মথক্লোমদা কাখংলহুনা লাক্লিবা শরুক অহুগা শম্লরি। য়ুমথক অসি পে-ছাটিন নত্রগা য়ুবী মনীগুম মতোন কোয়না পোঙথোকপা (Dome shaped) মওং-মতৌগী শকুম অমনা য়ুমথক পুমথুং থুংনা য়ুমগা ফক্লাংগী মথক্লোমদা কাখংলকপা মচীন-মপান্না কোয়না মথোঙ ওথহন্দুনা চানহনবা কিয়োংগী শঙশা-য়ুমশাগী য়ুমথক (Kyaung–type roof) না মথক কুপ্লি। মাসবু শ্রীমধো সরুপ ভটস্না থাঙপোক-শঙশা মখলগী মকোয়গী ম-কোন, -লাক-কোন (Hut-type arch) নি হায়না পীবীরম্মী (M.B., 1963, XXXIX)। লমজঙ-শঙতপসিগী মথক থুংকুপ্পকী য়ুমথক অসি লাইশঙ মশাসিগী মপী ওইরিবা শঙলেন অসিগী য়ুমথক্তা কুপ্লিবসিগা মওং-মতৌ, শঙশা-লাকশাগী কাইদাগা

চপ মাল্লনা উই। মবগী অসিনা লমজঙ শঙতপসিগী য়ুমথকসিগী য়ুমশা-কৈশাবোনগী ওইবা মওং-মতৌগী মরমদা পাউদমজবদি লাইশঙ-শঙলেনগী য়ুমথক্কী পাউদমজবগী মতাংদা য়েং বিরো। অদুবু থাদোক-হুন্দোক্লম্বা য়াদবা মরম থরদি :—

লমজঙ-শঙতপসিগী য়ুমথক অসি পে-ছাটিনকুম মতোন কোয়না, মতুম তারগা মথক্লোমদা পোঙথং-পোঙথোকপসিদা মকোয়-মকোয়বা (Arch) পরিংগী পরেংশিং (Courses) না লৈত্তেং-লৈথেং হাপ্তুনা মায়কৈ অহুমলোমদগী মথক্লোমদা পুথৎলক্লি। হায়রিবা মকোয পরেংশং অসি পুম্না মশাঙ ৬ ওই, মসিগী মশাঙ ৬ অসি লাইশঙ শঙলেনগী অম্মম্না পুবিবা মকোয়গী মকোয় পরেংশিংগী মশাঙদগাদি অমা তাথরবনি. হায়বদি শঙলেন-য়ুমথক্কাসিদদি মথোযগী মশাঙসি তবেং ওই। লমজঙ-শঙতপকা য়ুমথক্কী মকোয় মকোযগী পরিং-পরেংশং অসিদগী হেনগত্তুনা য়াংথৎপ্রবা য়ুমথক্কী শরুক অহ তুলেংলদা/নীঙলোমদা অম্মম অম্মম পৈ-শিন্ ঙামশিনথিন্না মথক্লোমদা থব-থর থজিক-থজিক হুমজিন-পীক-শিল্লকপগা লেইনন্না য়াংথংগী চাংস্থু থজিক-থজিক কাথংখ্রিবনি। অম্মম মকোয-মকায়গী পরিং-পরেংশিং অদুগা কিয়োং-য়ুমশা/শঙশা-য়ুমথক (Kyaung-type dome-roof) অদুগা শম্ন-তিন্নহুনা চঙশিন্নথি। হায়'ববসিগী নবনদ শ্রীমধো সরূপ ভট্সনা পাউদমম্বাদ :—

... ... These arches consist of six course, against seven on those of the shrine. The eleva-tion above these arches was stepped back till it

could be covered by a dome resembling that of the cella. ( Ibid, XXXIX ).

(IV) লাইশঙ-শঙলেন্ ( Sanctum/Cathedral )

লম্বাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙগী লাইশঙ-শঙলেন অসি মরাক-ময়ুং মাপ্পবা চীথেক মরি নাইবা য়ুম্ফম-শঙফম অমগী মথক্তা নেমতক্লা চেক্লোন থাক-থাকনা লোনথংনহুনা য়াংখংহনবা শঙথোঙ-ফম্বাক অমগী মথক্তা মরাক-ময়ুং মাপ্পনা মথোন অনি নাইনা/থোন্না শাবা য়ুমশা-শঙশাদা শাবা লাইশঙগী মপী-ময়াঙ ওইরিবা শঙলেম্নি হায়বসি মথক্তা হন্না-হন্না শক্তাকচপ্রে। লাইশঙ-শঙলেন অসিনা মরাক-ময়ুং মাপ্পনা কল্লিবা লম অসি স্কার মিটর ১০.৮৯ (মিঃ ৩.৩ × মিঃ ৩.৩) গী পাক চাওবনি, অদুগা মথক্কী অহাংবা মালংদা কল্লিবা লম অসিনা পুল্লপা মিটর ৯.১৪/ ৯.১৫ (ফুট ৩০ নত্রগা লম মঙারোম : থো: পঃ, ১৯৯৭,৫৮) য়োমনি। লাইশঙ-শঙলেনসিগী মায়ওন, মসিগী লমজঙ-শঙতপ অসিনা লৈরিবা নত্রগা তাকপগী মতুং-ইন্না মথা মায়কৈরোমদনি। লাইশঙ-শঙলেনসি শঙথোঙ—ফম্বাক জাগতি/Jagati (Stylobate/Pedestal)] অদুদগী চেক্লোন্ অনি (C. 6 35 cm. × 2) গী চাংদা অমম্মুং খ্বাইগী ওইবা লৈমায়দগী মিঃ ১ য়োমগী চাংদা য়াংখংপগী থাক্তা লেপ্লি। হায়রিবা লাইশঙ-শঙলেন মশাসিগী মরমদা পাবা লুংঙাইনবা অমম্মুং ইবদা খুদোং চাননবগীদমক্তা মথাগী অম্মুম্না কায়াৎ য়াংথোক্লি :—

(A) অহানবা (১বা) মথোন ( The first storey )

(লৈমায়রোমদগী),

(B) অনিশুবা (২বা) মথোন (The second storey) (লৈমায়রোমদগী),

(C) য়ুমথক/শঙথক (The Roof),

(D) লৈতেং অমসুং লৈথেংশিং (Decoratives & ornaments)

মথক্কী কায়াংশিংসিগী ঈকোন-কোনবা লৈতেং অমসুং লৈথেংশিং (Decoratives And Ornaments) গী ওইবা মঙং মতৌগী ৱারোলশিংসিদি মথক্কী কায়াং অহুম [ (A) দগী (C) ফাওবা ] অসিগী মরম-মরোলশিং শীঙথারকপগী মওং-মতৌ থারকপদা মশা-মশাগা কোন্ননা, মখোয়গী মনুং চন্না অহুম্মক হাপচিনজগনি।

(A) অহানবা (১বা) মথোন্ (The First Storey)

লাইশঙ-শঙলেনসিগী অহানবা মথোন অসিনি মথক্তা হায়জখিবা থ্বাইগী ওইবা লৈমায়দগী মিটর অমরোমগী চাংগা অৱাংবা, চেক্লা থোনগংপা য়ুম্ফম-শঙফম (সে: মি: ৫৪/৫৫ রোম) অমসুং শঙথোঙ-ফম্বাক (সে: মি: ৪৫/৪৬ লোম) কী মথক্তা লেপ্তুনা লাইশঙ-শঙলেনসিগী অতৈ কায়াংশিং/শককশিং কোক্তা থোঙত্তুনা কোকথোং পুরিবসি। মসি মৱাক-ময়ুং মাম্নবা ফিরেপ ফিবমদা মরেপ-মঙানগী মৱাক-ময়ুংগা মাম্ননা চেক্লা শাবা চীথেক নিপান নাইবা চেক্তুম (Brick cube) অমনি। চেক্কী কিয়ুব অসিনা কল্লিবা লম অসি ক্যুবিক মিটর ৩৫৯'৩৭ [মৱাক = মি: ৩'৩ × ময়ুং = মি: ৩'৩ × অৱাংবা = মি. ৩'৩] লোম্নি। মসিদগী থারোম থংবা মাম্বকৈদা মিটর ৩ গী অৱাংবগা চাংদা লমজঙ-শঙজপ

(porch) অসিগা মন্নুং ফাওননা ঈশ্বোক-শন্দোক্তুনা তপথোক্ল-কপমি অমস্তুং শাদোক্লকপনি।

<u>শঙলেনগী ১বা মথোনগী ফক্লাং ঃ—</u> শঙলেনসিগী অহানবা মথোনগী চেক্লা চন্থংপা ফক্লাং অসি লাইশঙসগী লাই লৈফম (Shrine) অমস্তুং হৈকং-লৈকংফম (Altar) বু মায়কৈ মরিমক্তা কোয়শিল্লিবা অমদি লমজঙ-শঙতপুগী চঙলকপা য়াবা চঙফম থোঙ অমা মমায় মথা ওয়া ফাংপা চেক্তী পল, চেকপন্গী অপাকপদগী নাকন অমমমদা সে: মি: ৫/৫ চঙশিল্লগা চুমন্ত্রিং চুম্না, য়ুংনা (Vertical) কাথংখিছুনা মিটর অহুমগী অন্নাংবা ফাওবা য়ৌথি অমস্তুং মফম অসিদা ১বা মথোনসিগী ফক্লাংসি লোয়্সিনবগুম উই। মফমসিদা ফক্লাংগী অন্নাংবা লোয়শিনপ্রবস্তু মথোন অসিগী অরোয়বা পন্থৈদি নত্তে, মহুদি লাইশঙ-শঙলেন মশাগী ময়াঈদা খ্বাঙশেং-খ্বাঙলাক ওইনা ফারিবা ফক্লাংগী লৈমায়দগী অমুক-তোংথোক অমুক ফুংশিন তৌহুনা তোপ্না হৈ-চন্দুনা শেম্বা খ্বাঙলাক পারেং (Cornice) অমগী মথায় য়ৌবা ফাওবা লমথৈ শন্দোক্লিবনি। অহানবা মথোনসিগী মাঈকৈ অহুমগী ফক্লাংশিং হায়বদি নোং-লোক থংবা, অন্নাং থংবা অমস্তুং নোংচুপ থংবা মায়কৈ অহুমসিগী ফক্লাংশিংসি ফক্লাং মন্নুংদা মকোয়-মকোয় ওইনা হুক্তিন্দুনা শঙলেন মশাগা শন্না শন্দোক-হেন্দোক্লকপা মফমশিং (Corbelled arch niches) অমমম লৈ অহুগা হায়রিবা শঙলেন মশাদগী ইস্থোক-হেন্দোক্লকপা মকোয়-মকোয় ওইবা মওংগী হুক্তিন-হুংচিনবা মফম-শিং অহুগী মথামক্তদা চেক্ অমমমগী পাকপা-চাওবগী চাংহুগী ওইবা অপীকপা মথুল অমমমস্তু মন্নুং ফাওনা হুগুনা লৈ। অসি-গুদা অহোবা মথুলশিং অসিনা লাইশঙ মন্নুং অহুদা মতাল চঙহন্দুনা

ঙালহল্লি। অমসুং অনৌবা অমদি অশেংবা নোংশিং চঙহন্দুনা মন্নুংগী শরুকশিংছুগী পোৎলমশিংদা থুনা পুম্থ/পৎথহন্দবা অমসুং অশেংবা নুংশিং পীহুনা হকচাং ফৎহল্লোয়দবা মরমশিংগী মঙাল অমসুং নুংশিংনা ঙাকথোকপা ঙম্বশিংছুগী ফংবগী কান্নবা অমদি থুদোং চাবছু পী। মরম অসিনা অহোবা মথুলশিংসি সোলার লাইটসম (Solar lightsome) অমসুং ফ্রেশ-এয়ার ভেলেন্টিটর (Fresh air ventilator) ওইনা লৌনৈ। অহানবা মথোল-সিগী চেক্কী ফক্লাং অসি মিটর ১˚২৭ (মপানগী, মি: ৩·৩ মন্নুংগী মিঃ ২˙০৩) লোম থাই। ফক্লাংসিদা লৈরিবা কা হেন্না থাবগী মতৌ অমসুং মগুন অসিনা য়ুমশা-কৈশারোনগী শঙশা-য়ুমশা নত্রগা থুংশা-লাকশা অসি মনিপুরদা কদোমদগী, কদায়দগী, কনাদগী অমসুং করম্বা মায়কৈদগী লাক্লিবনো হায়বা রাহংশিং অসিগী পাউথুম পীননবা অচৌবা অমসুং মরু ওইবা পাঙ্গে অমা ওইগদৌরিবনি। মপাম্বোংগা শকক্ষম-শকওং থরা মান্নরুবনদি অশেংবা-অরেপ্পা হায়বদা চুম্নগনি হায়না লৌবা য়াদে। কাক্লা রাহোং মচু থেংচিন্নগা রাহোং ওইবা য়াদে। মীওইবনা চংনরিবসি মশক্তা নত্তে, মগুন অমসুং লমচত্তনি, মরমদি মথোয়সিদি অশেংবা মচৎ অমসুং মনাংকী মরম্নি। লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙগী মওং-মতৌ অসিগুম্বনা মসিগা ফক্লাংনা থারিবা অমুম্না ফক্লাং থাবা লাইশঙ/মন্দির কয়া য়াম্না ভারত্তা লৈবগে? অমা-অনি লৈরম্বা য়াবদি খৃঃ ১৯৪৭ কী মমাঙগী বঙ্গদেশ অমসুং নোংপোক থংবা থিহারদনি অহুবু মথোয়/লাইশঙশিংছুদি বৃদ্ধিষ্ট স্তূপাশিংনি। অসিগুম্বা স্তূপাশিংসি করম্বা জাতিনা শারম্বনো হায়বতু বঙ্গ-বৌদ্ধিক ইতিহাস নৈনরগা মিংয়েং তাথিরকনি।

(B) অনিশুবা (২বা) মথোন (The Second Storey)

বিষ্ণু লাইশঙগী লাইশঙ-শঙলেনগী অনিশুবা মথোন অসিনি অহানবা মথোন্দুনা লাইশঙগী ময়ায়গী লৈতেং-লৈথেং ওইরিবা, ফক্লাংদগী হেন্দোক-ইন্থোক্না পুমহে ওইনা তোপলি লাক্লিবা কোর্নিস (Cornice) অসিনা কোকথোং কৈজ্জা শারগা কোকথক্তা পুবগুম উহাল্লবসি। মসিস্থু অহানবা মথোন অদুগুম মরাক ময়ুং মাম্লনা নাইবা ফিরেপ-ফিবমদা চীথেক ৮ নাইনা চেক্লা শাবা চেক মতুম কেবি (Brick cubic structure) অমনি। অনিশুবা মথোনসিনা কল্লিবা লমস্থু ১বা মথোনদুগা চপ মান্নে অদুবু মথক্তা হামুন তাবা (গৌতম) বুদ্ধগী কোক্তী শরুক (Gautama Buddha's USHNISHA: Row of small curls of hair fringing the forehead) কুপ্বা অমা য়ুমথক ওইনা কুপথরকপা অদুনা অরাংবগী ফিবম/চাংদা মথক্তী ২বা মথোল অসিনা হেন্নঃ রাংবগুম ত্তোনা উবনি। মসিগী খুদম অমথক্তং শাংবা মান্নবা লৈই অনিনা হাপচিল্ল-কপা লৈতেংনা মিংয়েংদা শাংবা খেন্ননা উহনবদু অয়ে-কপা বুদ্ধগী উশনিশ উংলিবদুগী মখাদা পীজরি। হায়রিবা অনি-শুবা মথোন অসি মথোন্ত নত্রগা মখা খংবা শরুক থর ফাওবা

Form of Buddha's Ushanisha from Sarnath (A.I. 1984, 24)





লাইশঙসিগী লাইকম চঙননবা লাইশঙগী মায়ওন নত্ত্রগা থা মায়-কৈরোমদা ১বা মথোন্দগী শন্দো কুনা শাগ্রি-তপথোকখ্রিবা লম-জঙ-শঙতপ অহুগী য়ুমথকী মতোন য়াংখৎলকপহুনা য়োখৎলকুনা ২বা মথোনগী মথাগী শরুকপু লাইশঙগী মমাঙলোমদগী য়েংলকপা মিংয়েংদগী থৎলি। মথোন অসি লাইশঙ-শঙলেন মশাসিগী য়ুমথক ওইরিবা ডোম (Dome) অহু পুন্নিবা কায়াংনি।

<u>শঙলেনগী ২বা মথোনগী ফক্লাং :—</u> শঙলেনগী অনিশুবা মথোনগী চেক্লা চনখৎলিবা ফক্লাং অসি অহানবা মথোনগী ফক্লাংগা পরিং-পরেং/পংতি (Alignment) অমতদা পরিং চুন্না য়ুংখৎনা কাখৎলিবা লৈই অহুদগী চৎথোক-চংশিন তৌদনা মথকলোমদা চুমথ্রিং চুন্না য়ুংনা কাখৎখিবনি। মসিনা অহানবা মথোনগী অয়ুংবা পরিংগী লৈই মপাহুদা তারকপা/হৌরকপগী য়াকমসিদা ঈকাই খুম্নফম ওইরবা ভটসনা পাউদম্নম্বদি :—

The end of the first storey is marked by prominent cornice made of a series of courses which are first stepped out and then stepped back till the same vertical alignment of the lower storey is reached in order to proceed with the vertical part of the second storey

( M. B., 1963, XXXVII )

অসিনি। হায়রিবা মথোনসিগী ফক্লাং মরি অসি শঙলেনসিগী খাঙলাক (Belt/Zone) ওইরিবা কোর্নিস অসিগী মথক-মক্ত-দগী হৌরকপগুম উই, তৌইগুম্বসুং মসি অশেংবা হৌরকফম/

হৌফমদি কোনিসকী ময়াঈমক্তগীনি। হায়রিবা মফম অসিদা মথাগী মথোনগী ফক্লাং মরিগী মথক্কী মতোন অক্তগা মথক্কী মথোনসিগী ফক্লাং মরিসিগী মথা-থংবা মতোন/মথোঙগা শম্ন-ট্টনকম ওইরিবনি। মফমসিদগী মথক্লোমদা য়ুংনা চুমথ্রিং কাথং-লক্লবা ফক্লাং মরিসিনা মথোয়গী মরেপ ওইরিবা মিটর ৩ (অহুম) গা অরাংবগী চাং অহু কংবদা/য়ৌরক্লবদা য়ুমথক ওইরিবা মথক্তুগী মথক-মথা ওম্বোক্লগা মনাঙগী শরুক ওইবা তংথায়হু লৌরগা উপথরক্লিবা চফু মনাঙ-তংথায়গী শরুক্তুগী মথা/মথোঙ ওইরিবা শরুক্তুগা শোরু-শম্নহুনা লাইশঙ-শঙলেন মপুমগী ফিবম-ফিরেপ্তা মঙক্কী শরুক ওইবা মফম (Neck-point of the sanctum) অমা নাইহল্লি।

২বা মথোনগী ফক্লাংশিংগী থোঙনাউশিং ঃ লাইশঙ-শঙলেনগী অনিশুবা মথোনগী ফক্লাং মরি অসিগী মন্নুংদা অরাং থংবা নক্তগা লাইশঙ মশা অপুম্বগী ওইনা মনাঙ থংবা ফক্লাং অহু নত্তনা অতৈ অহুম অতুদদি অহুৎপা/অহোবা থোঙনাউ নত্তবা মহুমক মানহনবা/শাশিন্নবা/লৌনম-মীনম্বা থোঙনাউ (False perforated Window) অমমম পাল্লি। পাল্লিবা অহুৎ-অহোবা মানহনবা থোঙনাউশিংসি অমসুং মথোয়গী খুৎপান-লাক-পানগী মরমদা শ্রীমথো সরুপ ভট্সনা হায়রি ঃ—

Afters only six, courses in this alignment, the second storey is stepped back and carries up again vertically to the height of the false perforated windows, two of which come on each side except the front where there is only one

long perforated window, These windows are framed by a pilaster on each side.
(Ibid, XXXVII).

অসিনি। অদুবু পীবীরম্লিবা অসিদগী লৌথংচবদা থোঙনাউ অহুম অসি য়াংবা/পাকপগী চাংদা মান্নরবস্থ নাকনগী ফক্লাং অসি হায়বদি নোংপোক থংবগী অমসুং নোংচুপ থংবগী ফক্লাং অনি অদুদা পাল্লিবা মানহনবা থোঙনাউ অনিদুনা শাংবস্থ মান্নরগা লাইশঙগী মমায় ওইরিবা নত্রগা মায়য়োক থাফম ওইরিবা নত্রগা থা থংবা মায়কৈগী ফক্লাংদা পাল্লিবা হুত্তনা অহুৎপা মানহনবা থোঙনাউ অদুগদি শাংবা মান্নদ্রে, মদুনা ঈহেন হেন্না শাংলে। হায়রিবা থোঙনাউ অচৌবসি চাওরাক্লা মিঃ ১ ও লোমগী চাংদা শাংবা অমসুং সে: মি: ৬৯/৭০ রোমগা চাংদা য়াংবা পুন্না লম স্কর সে: মিঃ ৯০/৯১ রোম কল্লম্বা য়াই। অদুগা নাকন অনিগী থোঙনাউ অনিদুনা মি: ১ রোম শাংলগা সে: মি: ৬৯/৭০ রোম য়াংলম্বা য়াই। মখোয়'নিনা কনপ্দব, লমশিংসি অমমম্না স্কর সে:মি: ৬৯/৭০ নি। হায়রিবা হুৎস্থ হুত্তা, হোস্থ হোদনা অহুৎপা-অহোবা মানহনবা থোঙনাউশিং অসি মরাক-ময়ুংগী চীথেক পুন্নমক/মরিমক থোঙবা মচা ওইবশিংনা পুমকোয় কোয়শিন্দুনা শেম্বা ( পিলাষ্টর্ড : Pilastered ) থোঙনাউশিংনি। হায়রিবা থোঙনাউশিংসিনা হুৎস্থ হুত্তনা অহুৎপা শাবা অমসুং হোস্থ হোদনা অহোবা মানহনবনিনা মখোয়দি চুম্না লৈতেংগী ওইনা হাপ্পা-পানবনি: মরম অসিনা মখোয়সিনা লাইশঙ মসুং অদুদা কান্নবা অমতা পীদে, মঙানস্থ চঙদে, মুংশিংস্থ লিংশিন্দে।

২বা মখোনগী ফক্লাংদা লৈতেংবা :— মথক্তা পাউদম-জন্ত্রিবা লাইশঙ-শঙলেনগী অনিশুবা মাথানগী ফক্লাংশিংদা পানবা খোঙনাউশিং অসিমু ফক্লাংদা লৈতেংবনি হায়না লৌগদবনি হায়বসিগী ঈাঙ্গৎ মতেক অমা মথক্তা উংচশ্রে। মখোয়গী মরমদা তোংঙান্না পাউদমথ্রবনিন। অমুক লৌখৎলুবদি হঙ্গিনবা ভানবনি। মখোয়সগী ফক্লাং ম রসিগী কাচীন মরিসিদা খোঙবাগুম মরাক-ময়ুং নাইনা ফিবান/মপান চনবা অতেনবা পিলাষ্টর (Pilaster) অমমম লৈরি। হায়রিবা পিলাষ্টরশিংসিগী মথক্তা অপাকপা, অমমমদা পরিং-পবেং (Course) ৬/৬ না শাবা মপাক পরেং অমমম লৈ। মখোয়না লৈরিবা একম অসিদা অচৌবা খাঙপোক-শঙশাগী মকোয় (Hut-type arch) অমন৷ মশাগী নাকন-অমমম্৷ হেক চাওথোক-কানথ৷কপা নত্রগা পাকথোক-শন্দোকপা য়াবমথৈ চাওথোক-শন্দোক্লগা লমথৈ ওঃহুনা লৈ, অহুগা থংন-ভাইনরিবা নাকল্লোমদগী চথ-শমথরক্লিবা অহুগুম্বা মকোয়শিংগা মফমহুদা থেংনৈ-শম্নে (Ibid, XXXVII) অসিগুম্বা মকোয়-শিংসি থেংন-শম্নহুনা থোকহল্লক্লিবা অহাংবা মফমশিংহুগী মরমদা হায়রবদি :—

... ... ...The pilasters coming at the coiners have only six courses above them to the point where one large hut-type arch spanniag the full width of each side, terminates and contiguous archcs of the adjoining side, meet. These arches uniformly consist of seven courses. The space or the huanches formed by the meeting point of

arches on two contiguous sides was presumably filled by a round headed corbelled pilaster, which in appearence would have been a miniature copy of the dome above the sanetum.
(Ibid, XXXVII).

অসিনি। অহুগা মসিনা লাইশঙ-শঙলেন্দুগী য়ুমথক ওইরিবা বুদ্ধগী মকোক্কী শমলাং গামুন লৈ-বা মানবা উষ্নিশগী মওংগী মতুম তাবা য়ুমথক্কী মথা থংবা শরুক্কী অকোয়বা মপান-মতোন্দু পুননবা অকোয়বা কাডখোঙ য়ু ক্ষম (Circular base) শেম্বদস্থু খুদোং চাবা পীরবা য়াই হায়বা ব্রাফমস্থ পুথংলি।
( Ibid, XXXVII )

(C) য়ুমথক-শঙথক ( The Roof )

লাইশঙ—শঙলেনসিগী য়ু মথক-শঙথক অসিনা লাইশঙ মশা অপুম্বগী অমস্তুং শঙলেনসিগী খ্বাইদগী ঈহেন হেন্না য়াংলবা মতোন তোল্লেন্নি। য়ু মথক-শঙথক অসিস্থ চুথেক মরী নাইবা চেকশিংনা চেক্লোন নীঙ/তুংলোমদা হ জ্ঞন-চঙশিন্না থমদুনা শীন-লাংলগা মতুম তাবা নত্রপা অকোয়বা মওং-মতৌ অমগী তংখায় ওইবা ফিরেপকী ফিবমদা তাহল্লকপনি। মসিনা লেপ্লি—লৈরিবা মংত্রগা মসিবু পুরি-শোগংলিবা অসি লাইশঙ-শঙলেমসিগী অমি-ত্তবা মথোন্দুননি। মসিনা লেপলি'লৈরিবা মখোঙ মংত্রগা মথাগী মত্তোমঅসি লৈমায়দগী মি: ৭.৩০ (Plinth; 55 cm. + Pedestal, 45 cm. +1st Floor/Story, 3m. + 2nd Story 3m. + Cornice 60 cm.) লোমগী মথক্তনি অমস্তুং মথাগী

অৱাংবনা চাওৱাক্লা মি: ১.৫৪ রোম্মি। অহুবু মসিগী মতোন্দা ঘটা অমস্থুং ঘটাচক্র (Ghata = Pot-drum and Circular 2/3 rows/Courses on the stand of pot-drum) হাপ্লগদি সে:মি: ৬০ রোম রাংবা হেনগংলকখিগনি। য়ুমথক-শঙথক অসিগী মতোন তোন্নেন অহুগী লৈমায়দগী রাংথংলিবা চাং অহুনা লাইশঙ অসিগী অৱাংবা লেপ্লিবনি, তাক্লিবনি, অমস্থুং লাইশঙসিগী অৱাংবসি মি: ৯.১৪ রোম্মি হায়বসি মথক্তা কয়ারক হল্লা উৎচপ্রে।

শ্রীমধো সরুপ ভট্‌স, ইন্দিয়া গোভর্ণমেন্টকী এডুকেসন মিনিস্ত্রী (আর্কিওলোজী) গী অহানবা ওইনা আর্কিওলোজীকেল প্রোটেক্সনগীদমক্তা ইন্সপেক্সন লাক্লম্বা অসিনদি বিষ্ণু-লাইশঙসিগী য়ুমথক্সি ডোম ( Dome n, & v. t. i. n. rounded vault as roof, with circular, elliptical, or polygonal base, large cupola, : J.B.S., 1984, 285 ) নি হায়বসিদগী হেন্না পীবীরমপ্রে। অহুগা মনিপুর পব্লিক রার্কস ডিপার্টমেন্ট (P.W.D.) কী সিনিয়ার আর্কিটেক্, এল, মঙ্গী সিংহনা পীবীরম্বদনা :—

আর্কিটেকচর (বস্তু শিল্পকলা) গী মায়কৈদা মোন্নুমেন্টশিং অসিগী ষ্টাইল ( মওং মতৌ, শক্তম, Order) …… .. মথল অনি থোক্লা লৈবগুম তৌই। অমত্তা ওইবা Dome না কুপ্পা মন্দিরগী কাংলুপ অহুগা ময়ায়দা অচৌবা Dome অমগা মতাইদা পিকথবা, মান্নবা Dome ( Replicas ) মরিগনা কুপ্পা লাইশংগী কাংলুপ অসিনি। Dome গী ষ্টাইল ( Style ) মান্নবা অহানবা কাংলুপকী মন্দিরশিংগী মনুংদা মমিং পনবা

য়াবদি বিষ্ণুপুরগী শ্রীবিষ্ণু মন্দির, গুরু অরিবমগী শ্রীকৃষ্ণ মন্দির অদুগা মহাবলি হনুমান ঠাকুরগী মন্দির, অসিনি। অনিশুবা কাংলুপকী মন্দিরশিংদি ময়াম্বুং ইবুংঙো শ্রীযুৎ রাজা ছুম্বুগী মন্দির, শ্রীবৃনামচন্দ্রগী মন্দির, থাঙ্গাল মেঞ্জরগী মন্দির অসিনি। (খো: প', ১৯৯৭,৩৪) অসুম্ন পীবীরম্নগা ডোমগী মরম তাক্লকপদা চথরক্লুনা মনিপুরদা চৎনারবা ডোমগী মখলশিং তাক্পীরকই, মদুদি :—

......Byzantine শিংনা Dome ইহান-হান্না হোদোকখি। ইষ্টাম্বুলগী Santa Sophia গী Dome গী ষ্টাইল অসিগুম্বা অসিনা অহানবনি। নোংপোক্লোমদা নোংচুপলোমদা অসুম-অসুম শন্দোকখিদুনা হৌজিক্তি লম-লমগী ষ্টাইল অদুম লৈখরে। রুসিয়াদা চৎনবা ডোমগী ষ্টাইল অসি তিলহৌ মরু নত্রগা Mace কী মকোক মানবা Cupola হায়না খঙনৈ। মনিপুরদা চৎনরিবা ডোমগী ষ্টাইল মখল মঙানি। চোংঙা বোনগী তাইপতা মখল অনি (১) মশুং নাইবা শাংতক তৌবা হৌজিক-হৌজিক্কী কোন্নুংগী ডোম, অদুগা (২) খুল্লক্তা লৈবা মন্দিরগী মশুং নিপান পানবা ডোম (খাংজম বোনগী ডোমগুম্বা), (৩) শ্রীগোবিন্দজিউ মন্দিরগী Hemispherical Domes কা মখল, (৪) শ্রীশ্রী জগনাথ ক্ষেত্রগী মওংদা কুপ্পা শ্রীকৈশাম মথংগী ডোমগী মখল, অদুগা (৫) লম্বোইবগী টুপীগী মওং মানবা শ্রীহনুমানজি ঠাকুর মন্দিরগী ডোম মখল, মঙা অসিনি। হান্না হায়জখিবা অহানবা কাংলুপকী ডোম হায়বদি গুরু অরিবমগী শ্রীমদনমোহনগী মন্দিরগী ডোম অমদি শ্রীহনুমানজি ঠাকুরগী ষ্টাইল অসি হৌজিক হৌজিক ব্রেষ্ট বেঙ্গোলগী মন্দিরশিংদা উবা ফংই (Ibid, 3⁵)— অসিশিংসিনি। অসুম্না শ্রীসিংহনা পীবীবা অসিগী মতুং-ইন্না লাইশঙ

অসিগী মথক কুপ্লিবা ডোম অসি "অমত্তা ওইবা ডোম্‌না কুপ্‌পা লাইশঙগী মখল" গী অহুনি।

লাইশঙ-শঙলেনগী য়ুমথক-শঙথক্কী ডোম অসি মায়কৈ মরিদগী লোইরোই-লোইরোই কাথংলক্লিবা মপাক মরিদুনা ডোমগী মথাথংবা মখোঙ/মতোন ওইদুনা লাইশঙ-শঙলেনসিগী পাক্-চাওবা স্কার মিটর ‚০ ৩ রোম (মরাক, মি: ৩ ৩×ময়ুং, মি: ৩˙৩) গী অসি পুমথুং থুংবদগী ডোমসি ফিবান-মপান অকোয়-বনা সে: মি. ৯/১০ ফাওবগী চাংদা হেনদোক্লগা পুমপাক পাক্লা কুপশিল্লিবা মঙং-মতৌ অহুগী কোয়রপ তৌহন্নবা পাকথোক-চাওথোকপা নত্রগা পোঙথোক-ফন্দোকপগী চাং অহু অসুম-অসুম হুস্থরক্তুনা মি: ১ ৫৪ গী অরাংবা য়োৌরকপদদি মায়কৈ মরিদগী হাইগং-কাথংলক্লিবা মতোন/মপানশিং অহু মতুম তাবা মঙং-মতৌ-গী ফিবম-ফিরেপ্তা তাহল্লগা অকোনবা মপাক্কী লমীফম (Hemispherical point) অমদা পুল্লপ-তাশিন-থোমজিন্ন-দুনা লোয়শিন-খমজিনখি। অহুগা মায়কৈ মরিদগী য়ুমথঙ-শঙ-থক্কী হৌরকফমগী ফিবান-মপানগী ময়ায়শিং অসি অকো-নবা, কাঙথোঙ-তংথায়গী অকোয়বা (Semicircular round) না মমায় ওইরগা চীথেক মরিদা সে: মি: ৪০/৫০, ৪০/৫০ পাকপা মমৈ/মপান হুইথবনা য়াস্থ-লে-মখনা লৈ। হায়রিবা মমায় মরিসিগী ফিবান/মপান পুন্নমক্তু পুমথুং-থুংনা সে: মি: ২৫/৩০ রোম পাকপা অমুক কুখ, অমুক তোংখং তৌব কোননা মতুম-তারপ তৌবগী তংথায় ওইবনা তোংথোকপ মরী-পরিংগী পরেং ৬ (তরুক) অহুগা কুংশিন-হজিনবগী মরী-পরিংগী পরেং ৭ (তরেৎ) থক [মথোয়-শিংসি লমজঙ-শঙতপকী মমায় ৩ (অহুম) দদি মথংশিন্দনা

মশীঙ ৫ (মঙা) অমসুং ৬ (তরুক) না ওই] মমায়শিংদু পুমথুং-থুংনা অমসুং পুমশম-শম্মনা চেন্দুনা লৈত্তেং-লৈথেং তৌই।

শঙলেনগী ডোম য়ুমথক-শঙথক্কী অ-কোনবা মত্তোন তোল্লেন, মায়কৈ মরিদগী কোন্-না অমসুং লোইরোইননা কাথংলকপা মপাক-শিংগী উনা-তিন্নরিবা মফমগী ময়ায়, লাইশঙগী নত্রগা শঙলেন-সিগী খ্বাইদগী হেন্না রাংবা মফম ( Summit/Tip point ) অসিগী অকোয়বদা সে: মি: ২০/৩০ রোম্না ডাইমেটর ওইবা অকোয়বা মপাক (Disc) অমনা লুম্নবগী নত্রগা মথক্তা তোং-বগী মফম শেমহুনা লৈ। হায়রিবা মফমসিদা ঘটা হাপ্লগ্না য়াই হায়না শ্রীমধো সরুপ ভট্টনা সজেষ্ট তৌরি, মতুদি —

. . . Presumably, the dome would have been crowned by an inverted 'ghata' (Pot-drum) round the rim of which would probably have been a lotus design. This member is, however completely gone. (M.B., 1963.XXXVII).

অসিনি। হায়রিবা মথক্কী য়ুমথক-শঙথক্কী ওইহল্লিবা মওং-মতৌ অমসুং হাপ্লি-তোপ্লিবা শংসি পুল্লপ-পুল্লগা মিৎয়েংদা তারক্লিবা মওং-মতৌগী ফিবম-ফিরেপতি বুদ্ধদেবগী অ-খো-য়বা অতেনবা শম্নশিংনা কুপশিনবা লন্নাই মপাদা হামুন লৈ-বা (Knot of hairs) কোক্কী শরুক্ ( উশনিশ, Ushnisha ) তা তাহল্লকই। হায়রিবা মথলসিবু মতুম তাবা মপূমগী তংখায়গী ডোম (Half hemisherical dome) হায়না খঙনৈ।

মতুম তাবা মপূমগী তংখায়গী ডোম ( Half Hemispherical Dome) গী চংনবা ঃ— মথক্তা উৎচখিবা মনিপুর

P.W D. গী সেনিয়ার আর্কিটেক এল, মঙ্গী সিংহনা 'ডোম' (Dome) গী হৌরককম পীবীরে, মসিদা ডোম অসি বাইজে-ন্টাইন [BYZATINE : a. & n. 1. ( Inhabitant ) of Byzantium or the E. Roman Empire; (Archit, etc.) of Style developed in the Eastern Empire ... ( Byzantium, later Constantinople and now Istanbul...) : J.B.S., 1984, 126] শিংনা হৌদোকপনি হায়না পীবীরি। অদুগা "নোংপোকলোমদা-নোংচুপলোমদা অস্থুম-অস্থুম শন্দোকখিদুনা হৌজিক্তি লম-লমগী ষ্টাইল অদুম লৈরে" হায়নসু তাকপীরি। অদুবু রাফম অসিদি য়ুরোপকী ওইগনি, মরমদি ইন্দিয়া অমসুং ওরেন্টেল কন্ত্রীশিংগীদি ডোম/স্তুপা [Stupa ("Crest, top, summit" ; altar, etc. ; Buddha. Jain). This was originally a 'top-knot' of hair, designating the upper part of the head, but subsequently became used as an architectural term indicating a monument of a pyramidal or dome-shaped form over the sacred relics of the Buddha (or other saints.)... (G.L., 1986, 283) ] গী হৌরককম তোঙাননা মরেক শেংনা লৈজে। হায়রিবা হৌরককমসি শন্দোকনা উৎলিবদি :—

**Stupa**

The stupa obviously evolved from the simple prehistoric burial heap or tumulus under which the ashes of the dead were buried. Many such

funeral moulds— low, circular elevations of earth ringed by huge boulders— can be seen in the Deccan and South India. Though the Jain too built stupas, this kind of monument appears most frequently in Buddhist art. Sometimes another circle of stones surrounded the first, and the space between the two serves as a processional path.

At the death of the Buddha his remains were enshrined under such artificial mounds of earth and brick—the famous Eight Great Stupas mentioned in Buddhist texts but destroyed since then. A few early stupas have been discovered but it remains uncertain whether they belong to the pre-Ashokan period. We know, however, that the emperor Ashoka built a great number of them and may have instituted the stupa cult. The chief purpose of the stupa was to enshrine Saririka (body relics, usually in the form of small pieces of calcinated bone) of the Buddha or of Buddhist teachers or their paribhogika (personal belongings). Preserved in reliquaries of crystal, gold or other materials and enclosed in a stone box, they were placed in a small

chamber during the time of building so that the solid masonry of the stupa enclosed them securely. Sometimes they built stupas to commemorate UDDESIKA (some events) at places sacred to the Buddhist. Besides being the symbol of the Buddha's parinirvana (death), the stupa itself became an object of veneration ... ...

The stupa Fig. 26) consists of a solid himisphere or dome called the anda (egg-mound). It stands on a medhi (circular or square base).




1,2,3, & 4 = Torana/Gate : 5 = Sopana/Stairway : 6 = Lower Pradaksina patha : 7 = Vedika : 8 = Anda : 9 = Harmika : 10 = Chatravati & 11 = Upper pradaksina patha.

Fig. 26. Stupa 1, Sanchi : Plan & Elevation.

and on its flattened top rests a kind of kiosk, usually called harmika. Originally an umbrella was farmly imptanted into the brickwork of the dome, with a dwarf railing or vedika around it. The supporting mast was called the yasti ; the umbrella, the chatra ; and the whole, the chatra-vali ... ... (E.T., 1992, 21-3).

অসিনি। অস্থুম্না ভারত্তা হৌজরকপা ডোমগী মরম অমস্থুং মতাং অসিবু়দি হন্দোকপীরম্নগা খৃ: কুমশীঙ চা ৪ (মরি) শুবদা লিংথৎপা বাইজেন্টিয়ম ( Byzentium ) লৈপাক্কী মীশিং বাইজেন্টাইনা ডোমগী ষ্টাইল হৌদোকপগী রাক্মসি 'লমগা শননা মচা শাংই' হায়বতুনি। বাইজেন্টাইনগী মরমদা পীরিবা ঈ-পাউ থরদি —

Byzantine art belonged principally to the Eastern Roman Empire, with its magnificient centre, Constantipole (modern Istanbul). In the year 330 A.D., the emperor Constantine transferred his capital from Rome to the site of the ancient Greek colony called Byzantium to which he now gave his own name : Constantipole the city of Constintine. .. (Ibid, 334).

Byzentine art began with the foundation of the city by constantine. According to a fourth century historian this emperor himself traced the line of the walls of his city.

In the sixth century, Byzentine art reached its maturity, in the short but brilliant period called the First Golden Age, under Justinian (527-565 A D.). The glory of this epoch was the building of the greatest and most splendid By. zentine church known as the Hagia Sophia (Holy Wisdom) of the many other churches of this perion, two deserve special mention : San Vitale, in Ravenna, Italy ..and the church of the Holy Apostles in Costintinopole, which was destroyed in 1463 to make room for a Muslim mosque.. .

The Second Golden Age began under Basil I in 867 and lasted until the fourth crusade in 1204. The churches of this age were rather small Generally, they had the form of a Greek cross with a square plan. Around the central dome, set on a high drum and pierced with windows, there were smaller domes at the four corners of the square hut exteriorly they were concealed under the roof...During this age, the activity passed from Constintinopde to Greece, the Balkans, and lastly to Russia.

## ARCHITECTURE

Byzentine architecture was predominantly an ecclesiastical or church art..... The Byzentine

church is of a central type i.e. it is square or polygonal in plan, in contrast to the longitudiral type of the Eariy Chiistian basilica.

The most typical feature in Byzentine architecture is the hemispherical dome surmounting a square or octagonal base The reason for the preference of domed roofing was its dignifid and prominent appearence, very fitting for a building consecrated to the worship of God. The dome represents the vault of the sky or heaven.

As we saw in the pantheon in Rome, the great hemispherical dome rested directly on the eircular wall (fig 420a) which presented no special difficulty in the construction, since the round wall had the same shape as the round base of the hemispherical dome which had to rest on it. But the building of a round dome over a square base made up either of four walls that enclosed a square space or of four pillars



Fig. 422 A dome on a drum
A dome with out drum

standing in the four corners of a square, requi-red first the construction of a transitional masonry to transform the square into a round base on which the dome could rest. This piece of masonry which was needed to effect this tran-formation was a curved or spherical, tringle called the pendentive. One of these rose from each corner of the square. Four were needed to carry the dome They formed four semicircular arches between the piers and met at the top to form a round base on which the dome could be built. During the First Golden Age, the lower portion of the dome was pierced with windows (Fig. 422a). In the Second Golden Age the dome surmounted circulars wall called a drum, in which the windows were cut (422b). These were the chief source of allumination in the interior. This diffused light from above gave a wonderfull effect. (Ibid, 334-36).

অসিশিংসিনি। হায়রিবশিংসি মখোয় বাইজেন্টাইনশিংনা মখোয়গী লোকেন হাইলদা মথং মথং চাওখৎলকপগী বারীনি। অহুগা রোম (Rome) দা লৈবা ডোম অমসুং মহুবু শোঙ্গ-ডাকখংজিলগী অকয়বা পীরিবনা —

Of all circular temples, the PANTHEON is the most magnificent. It is also one of the best

preserved of Rome's ancient monuments. The emperor HADRIAN built it early in the first century A.D. An immense hemispherical dome, 43½ metres across is supported by a high wall, six metres thick. Attached to it at the entrance, is a gabled ended portico with sixteen monolithic columns, similar to the front of a Greek temple ... (Ibid, 319-20).

অসিনি। অহুবু ইন্দিয়াদা স্তুপা (Stupa) লৈন-লৈনমক মরাক-ময়ুং নাইবা কাচিন মরি লৈবা য়ুম্ফম, মরাক-ময়ুং মাম্বা/মাম-দবদা ডোম হাপ্পসিদি মুস্লীমশিংনা মকা (Mecca) য়োমহল্গী পুশিল্লকপগুম তৌই, মসিগী য়ারোল্দি—

... .. Islamic style of architecture was not a new one. ... ....In plan every mosque or masjid is based on that of Mecca, but Islamic culture enriched itself by contact with the older cultures of the Middle East. Greater elaboration of design developed, and new architectural features appeared in the fully evolveed mosque in India. (Ibid, 142).

Shortly after this Iltumish erected the last building under his patronage-his own tomb... This square structure, solidly built, has doorways on three sides and three mihrabs on the western

flank ...... The roof consisted of a shallow dome composed of concentric rings of masonry ...... Here for the first time in India is seen an attempt to transform the rectangular shape of the room so as to carry the round base of the dome. This required first the construction of a transitional piece of masonry which transformed the four sides into eight and then to sixteen sides so that the round dome could rest on them...... (Ibid, 145)

অসিনি। হায়রিবশিংসিদি অনৌবা নত্তে, ভোমদি ইন্দিয়াদা হান্ননা লৈরবনি। অহুবু স্তূপাসি ভারতকী বৌদ্ধ ধর্মনা লাপ-থোক্লকপগা লোইননা নোংপোক-লমশিংদা চংখিবনি। অহুগা বাইজেন্টাইনশিংসি চাইনা, টিবেট, ইন্দিয়ানচিংবগী মীশিংগা হায়রিবা মখোয়গী গোল্ডন এজ য়োৌগদবা চহি ১৫০ রোমগী মমাঙ-দগী কবোলং/কত্রং (Seres/silk) কী মরমদগী য়াম্না নক্লনা ভিন্নরকই। মরু ওইনা কত্রং-তীন অমসুং কত্রংচাক-মরুগী মতাংদগী মখোয়গী নিংথৌরেল জষ্টিনিয়াম (Justinian) গা ইন্দিয়ান মোঙ্ক (Indian monk) শিংগা য়াম্না হেন্না নকশিন্নখি (S.N.C. 1984,)। হায়রিবসি বি: সি: গী মতমদদি রোমানগা নক্লবনি। মরম অসিনা মখোয় রোমানশিংনা হায়রিবা অমশিং-সিগী মরুওগী অমদগী, মনিপুরনা ব্রম্মাশিংদগী খৃ: ১৭০৬ ও ফিয়োং শাবগী মী নেক্লমুন্না নত্রগা মথানা লাকচবগী ফিয়োংগী লাকপী মহৈ-মশীং অহান্নবা ওইনা তম্বগম তম্মহৌব। ওইরকসু

থাই। বাইজেন্টাইনশিংসি অয়াম্বনা রোমান তাক্তনি হায়বজু মথক্তা যংপ্রবদুনি। বাইজেন্টয়মদা কোন্নুং শ্রোংম্বনা লৈরকপদগী বাইজেন্টাইন হায়বিবগী থাকমদনি।

মথক্তাশিংসিদগী রা লোয়শিন্নবা চখরকপদা ডোমগী মওং-মতৌ, মচং-মনাং অমসুং লৌচং-শাজত্তা নোংপোক্লোম্পগীগা নোংচুপ্লোমগীগা মান্নবা লৈবগুম মান্নদবসু অহুম লৈ। পুন্নমক অসি রাথল-লৌশিং কবা, খুংহৈবা অমসুং শীনহৈবগী মিংয়েংগী মওম, খুংশংগী লৌশিং অমসুং কোত্তগী থোক্লক্লিবা তাক্তনি, মরম অসিনা রো-মদা বাই-জেন্টয়মদা, ম্যাম্যাদা নত্রগা মালেমসিগী মকম অমদা হাফ স্ফেয়ার (Half sphere) নত্রগা হেমিস্ফেরিকেল (Hemis-pherical) ডোম লৈবগুম মনিপুরদসু লৈরিবনি। অসুম্বা কম্বাং-জোংগী বিষ্ণু-লাইশঙগী অসিদি অশেংবা-অচুম্বা মথক্তগী হেমি-স্ফেরিকেল ডোম ষ্টাইল অহুনি।

(D) লৈতেং অমসুং লৈথেংশিং (Decoratives & Ornaments)

লাইশঙ-শঙলেনগী লৈতেং অমসুং লৈথেংশিং অতৈ-অতৈ তোপ্পা তাদবা থরুদি শঙলেনগী কায়াং অমা/অনিগী কায়াং মশা-মশা অদুগী মতাং-মতাংদা য়াওজরে, অদুবু তোপ্পা তাহুনা লৈবা, অককবা অমসুং হেক্তা মিংনা উবা অমদি লৈহৌরি, মহুদি লাইশঙ-শঙলেনগী ময়াঙ্গী ওইরপা মীগী থংনা থংকাক পেটি (Belt/Girdle/Zone) কাবগুম্বা। কাক্লি-কাব্লিবা য়ুমশা-কৈশায়োন (Architecture) গী ওইবা মখিংদা কোর্নিস (Cornice) কায়না কৌবা শরুক/কায়াং অসিনি। কোর্নিস অসিনা শঙলেনগী

অকোয়না মশা অদু থুংনা কোল্লি কোয়রিবনি হায়বা য়ারবদা লমজঙ-শঙতপা কপ্পোকখিবা লম মচেং অমা য়াওখিবনা মসিগী মশাং অদুগী অশাংবা মিটর ১৩.২ (লাইশঙগী মরাক/ময়ুং, ৩.৩ X ৪) ওইকম থোকপনি। অদুবু লাইশঙ মমাঙ হায়বদি মথা থংবা মায়কৈগী ফক্লাং অদুদগী লমজঙ-শঙতপ অদুগী ইম্পোক-তপ-থোকফম ওইবনা শঙতপসিগী অপাকপা মপাক মিঃ ১.৩ রোমগী লমদি হম্বরবনি, হায়বদি অশাংবাস মিটর ১১.৯ থক্তা ওইরবনি। অদুগা মসি চাওরাক্লা সেং মিঃ ৬০ রোম্নি। মসি চেক্শিংগী পরেং কয়া মরুম্না শাবা উকম-কোনফম (Mold/Mould অমনি।

কোর্নিস অসিনা লাইশঙ-শঙলেন মশাসিগী কয়াং অনি, অহানবা মথোন অমশুং অনিশুবা মথোন নাইনা থায়দোকপগুম উহল্লি অদুবু তশেংবদি থায়দোকপা নত্তে অনি অদুদি কোর্নিস অসিনা লুমশিন-থন্জিল্লিবা নত্রগা কুপশিন-থুমজিল্লিবা অদুগী মরুমদা/মথা-দা অদুম্মক শয়ে। অদুগা কোর্নিস অসি হায়রিবা মথাগী মথোন-গা মথক্কী মথোনগা অনিগী শম্নবা তাইনবদু উহন-থঙহন্দনবা হাপ্লিবনি অমসুং মসিদি মথক-মথাগী মথোন-অনিদুগী তাইন-রিবগী মথক্তা অনিমক্কী শরুক থর-থর, হায়বদি মথাগী মথোনগী মথক্কী মতোনগী শরুক অদুগা মথক্কী মথোনগী মথাগী মতোন-মথোঙ/ম-পানগী শরুক থর-থর নন্শিন্-লোৎশিন্দুনা লৈরিবনি।

কোর্নিস অসি মসিগী ময়ায়দা খ্বাইদগী হেন্না পাকথোক্লা লাইশঙ-শঙলেনগী ফক্লাংদগী মপাক্লোমদা ইম্পোক্লকপা সেঃ মিঃ ৩০ রোম ওইবা সেঃ মিঃ ১৫ রোম থাবনা লৈরগা মদুগী মথা অমসুং মথক্তা পাকথোক্লা ইম্পোক্লকপা সেঃ মিঃ ২০ লোম ওইবা, অথাবনা সেঃ মিঃ ১০ রোম ওইবা অনিসিনা তাইননা লৈরগা মদুগী মথা

অমসুং মথক্তা অম্বুম্না তাইননা সেঃমিঃ ১০ ইম্বোক্লকপা অমসুং সেঃ মিঃ ১০ থাবা পরিং-পরেংনা মশাংদুগী অশাংবদু থুংনা লৈ। অম্বুম্না কোর্নিস অসিগী লৈতেংসিনা লাইশঙগী ফজবা হেনগৎ-হল্লি অমসুং মিংয়েংদা য়েংনীঙহন্নবগী মথৌ শঙই।

## (২) বিষ্ণু-লাইশঙসিগী মনুংগী ওইবা মওং-মতৌ

( The Internal Structure Of Visnu Temple )

বিষ্ণু-লাইশঙসিগী অকোয়বদা চেক্তা ফক্লাংশিংনা কোয়না থাজিনবসিনা লাইশঙ-শঙলেন মনুং চঙড্রিবা অমসুং লমজঙ-শঙতপ অদু ফাওদুনা চৎলুদ্রিবা মথৈদি উদবা, লাইশঙ মপান্দগী মপানগী মিংয়েংনদি য়ৌবা/উবা ঙমদবা য়ুমশা-কৈশায়োনগী ওইবা মওং-মতৌ থরসু লাইশঙ মনুং অসিদা লোৎলি। হায়ন্নিবশিংসিগী পাউদম্ লৌথৎপদা কোমনা-মুংঙাইনা চথনবগীদমক্তা লাইশঙ মনুংগী ওইবা মওং-মতৌ অসিসু লাইশঙগী কায়াৎ থায়দোক্লুনা থ্বাইগী মিংয়েংদা থমজরি। কায়াৎশিংদুদি :—

(১) লমজঙ-শঙতপ (Entrance Porch)

(২) লাইশঙ-শঙলেন (The Sanctum).

অনিসিনি। হায়রিবা কায়াৎশিং অসিদা মাগী-মাগী লৈয়ম-লৈরম্বা পোৎলম-চৈরমগী মতুং ইন্না মাগী-মাগী শরুকশিং থায়-দোক্লকপদুদি মশা-মশাগী ওইবা য়ারোলশিংদুদা পাউদমজগনি।

(১) লমজঙ-শঙতপ (The Entrance Porch)

লমজঙ-শঙতপ অসিগী মনুং অসি মথক্তা পঞ্জথিবা ঈঙ্গি্ তৈবা/শিংপা লৈমায় অহুনি। ম নিপুরদা লাইশঙ-মনুংগী লৈমায়দা অমুম্না ঈঙ্গি্ শিংপসি মৈতৈগী মবুংভো গরিবনিৱাজগী সনা হাক্তক্তা হৌদোক্লমত্রা হায়না থঞ্জে। অহুবু মসিমক্না অরেপ্‌পদি হায়জবা ঙমজদে, চৈথারোল কুম্বাবদা অহানবা ওইনা পল্লম্বগী ৱাফমদনি; ৱারোলহুদি : —

..... স্নসম মাইচৌগা কুম শক ১৬৬৭......হিয়াঙ্গৈ থা... ১৭ নি য়ুমশকৈশ (খৃ: ১৭৪৫ গী নবেম্বর-ডিসেম্বর থা) দা পাখংবগী শঙ্গায় য়ুমজাও মনুংগী লাইশঙ মথোন নাইবা ইংগ্রি তৈবা হৌএ।... (চৈ: কু: ১৯৮৯, ১১৩)

অসিনি। পীবীরম্নিবসি মৈতৈগী মশাগী মনাংকী ওইজবা লাইগীনি। অহুবু হায়রিবা মতমসিগী মৈতৈ হিন্দু লাইশিংগী কিয়োং কয়া শাথবনিনা হিন্দু লাইশিংগীশু লাইশঙ মনুং ঈংগ্রি তৈবসি ভৌরম্লগনি হায়না লৌবা য়ারে।

বিষ্ণু-লাইশঙগী লমজঙ-শঙতপ অসিগী মনুংগী লৈমায় অসি মিটর ১·১১৮৬ (১ ১২ রোম) পাকই অমসুং মিটর ২·১৩৩৬ (মি: ২·১৩৪ রোম) শাংই। অমুম্না মসিগী মনুংগী লৈমায়সি স্কার মিটর ২·৩৮৩৬ রোমনি। অহুগা মথারোম থংবা নত্রগা লাইশঙগী মায়ওন ওইরিবা মায়কৈ অদোমদগী চঙশিল্লকপসিনা লাই লাংলিবা শঙলেনগী মথা থংবা লমথৈ অহু য়োবা কাওবসি সে: মি: ২/২·৫ রোমগী চাংদা শঙলেনগী লৈমায়গী অৱাংবগী চাংদগী নেমথৈ অমসুং লৈমায় অনিসি থায়দোক্লবগী ওইনা অমুক অতোপ্পা ঙমথৈ য়াংপা অমা থমদে/লৈতে।

লমজঙ-শঙতপ অসিগী য়ুমথক-শঙথক্কী মথা থারিবা লপ-লেন-লমচাও (Ceiling) অসি য়ুমথক্কী মচুংথংবা শরুক্কী লমখৈ থুংনা কুপ্পুনা লৈবত্থ মথারোমদগী য়েংথংপদা উবা ফংই। মসিগী য়ুমথক শঙথক অসি লাইশঙ-শঙলেনগী য়ুমথক-শঙথক্কী মওং-মতৌ তম্নগা পীকশিনবা-মশ (Replica) নিনা অমসুং য়ুমশা-শঙশাগী থুংশা-লাকশানা মচুং হাংবা/হোবা মতুম তংথায় ( Half sphere) অমা ওইনা শাবনিনা মথক্লোমদা হায়রিবা মওং-মতৌসিদা লোইরোই-লোইরোই মতোন/মথক শুমজিননা য়াংথং-থ্রগা মসিগী খ্বাইদগী হেন্না য়াংথংপা/য়াংবা পুম্নমক্কী ময়ায় তাবা মফম অমদা য়ুমথক্কী মথা থংবা লপচাওত্থগী মায়কৈ খুদিং-মক্কগী কায়ক্লিবা শরুকশিং অত্থ তিন্ন-উনখি। হায়রিবা ফিবম-ফিরেপ অসি য়ুমথক-মথা-লপচাও/সিলিং অত্থবু শারি-শেম্নিবা চেকশিং অত্থনা নাকন-নাকন অমগা-অমগা মথক-মখা লোম্ননা খমিন্নবা (Juxaposition ) অত্থনা থোকহল্লক্লিবনি। অত্থগা হায়রিবা য়ুমথক-লপচাও অসি, মসিনা কুপ্লিবা মথাগী লমজঙ-লমথোকফম অমা ওইবগী মওং মতৌ অত্থগা চান-চুনবা অত্থম শাবা-হাপ্পনি। হায়রিবা য়ুমথক-মথা-লমচাও নত্রগা সিলিং (Ceiling) অসি লাইশঙ-শঙলেনগী মশাদগী ইম্মোক-হেন্দোক্ল-কপা কাখন-পরিং ১১ (তরামাথোই) থক্লা (Eleven courses of corbelling) পোঙথোক-চাওথোক্লা, শন্দোক-কন্দোক্কুনা শেম-শাবনি, অত্থগা মসিগী ঈরোয়-লোয়বা কাখন শঙলেন্দগী ইম্মোক-তপথোক্লকপা অত্থগা শম্ন-তিন্নফম অত্থদি য়ুমথক কুপ্লিবা চেক্শিং অত্থনা লুমশিন-খঞ্জিন্দুনা লৈ। অমুক অমরোমদা হায়-রগা লমজঙফম-লমজীন, লমজঙ—শঙতপকী মমায়গী লমজঙ-থোঙ

প্যাল্লিবা অদুদগী লাইশঙ-শঙলেনগী লমজঙফম-লমজ্জীন অদু ক্যাওরা অসি অকোয়বা মকোয় ওইনা ইস্তোক-তপথোক্লকপা পরিং-পরেং-কাথনগী পরেং ১৪ থক (Corbelled arch of 14 courses) না ওইবনি। মসিগী মতাংসিদা শ্রীমখো সরুপ ভট্সগী ইন্সপেক্সন রিপোর্টতা য়াওরিবা পাউদমদি :—

... ... The ceiling of the porch is spanned by eleven courses of corbelling, the joint between the last course being covered by the roofing bricks. Again, the entrance to the shrine through the porch is by a corbelled arch of 14 courses.

(M.B. 1963, XXXVII & M.M., 1983, 34),

অসিনি। অদুগা লমজঙ-শঙতপসিগী লমজঙফম অদুগী ফক্লাংগী নাকন অনিমক্তা মরাকময়ুং নাইনা মপান-ক্বিান চানবা পরিং (Pilaster) অনিথক লৈ। হায়রিবা পিলাষ্টর অনিসি শঙলেন মশাদুদগী মরাক-ময়ুং নাইন৷ তপথোক্লক্লিবা লমজঙ-শঙতপ অদুগী অকোয়বা মওংগী থোঙ নত্রগা কোয়না লমজঙগী ওইনা হাংদোক্লিবদুগী থোঙবা ওইহনবনি। অদুগা থোঙবা ওইরিবা পিলাষ্টর অনিসিগী মশা-মউ অদু লমজঙ-শঙতপসিগী রাংবগী ময়ায় ওইরিবা মফমগী শরুক থর (হায়বদি মথোঙ অমসুং মতো-নগী মরক্কী ময়ায় ওইবা মতাং-মতেক থর) পোংথোক-ফন্দোক্লুনা লৈ অমসুং ময়ায়দা-ময়ায়মক্তা পাকথোকপা ঈহেন হেল্লি। হায়-রিবা ময়ায়গী পোঙথোকপা শরুক অসি সে: মি: ১৫ মুক ওই, অদুগা মথোঙ/মথোক অমসুং মতোনগীনা সে: মি: ১০ মুক পাকই। হায়রিবা পাকথোক-চাওথোকপগী / পোঙথোক-ফন্দোকপগী শরুকশিং অসি অকোয়বা মকোয়গী চেকশিং, থেন্নন-থেন্নবা চাও-

শাংবগী চেক মথল-মথল কয়ামুক্কী চেক্লোন্না অমগী ওথক্তা অমা লোনথৎনদুনা থোকহল্লকৃপা শক্তম্নি। অদুগা মসিগী ময়োন/ময়াঙ ওইরিবা (Architrave) অদুম্নু অসিগুম্বা অকোয়বা মথলগী চেক্‌সিদা মসিগুম্বা হিরমগীদমক মকক্-অতম্বনমা শাবা চেক্‌শিং শিজিন্নরি।

(২) লাইশঙ-শঙলেন (The Sanctum)

বিষ্ণু-লাইশঙসিগী মপী ওইরিবা শঙ, লাইশঙ-শঙলেন্ অসি মায়কৈ মরিমক্তা চেক্কী ফক্লাংনা কোয়শিনবসিদা লাইশঙসিগী মায়-ওন ওইরিবা মায়কৈ, মথা থংবা মায়কৈগী ফক্লাংদা লাইশঙ-মমায় ওইরিবা লমজঙ-শঙতপকী মমায়দা/লমজঙ-লমথোকফমদা ফাৎ-লিবা থোঙ অদুগী হাঙহনবগী মঙং-মতোদা অমস্থুং মদুদগী থর পাকথোক-চাওথোক্লা অমদি লমজঙ-শঙতপকী লৈমায়দগী সেঃ মিঃ ২·৫ য়োম য়াংখৎনা লাইকম চঙকম থোঙ অমা মমায় মথা ওন্না ফাত্তোকৃপা, অসি মরাক-মমুং মাম্নবা অমস্থুং অরাংবগী চাংনা মরাক-মমুং মাম্নবদা মিঃ ৬ লোম অমস্থুং মদুগী মথক্তা নোংমদোন-গুম কোম্বনা ময়ায় কোয়রপ তৌনা য়াংথংখিবা মিঃ ১·৫ য়োমগী অপূনবা, চেক্লা মথক/য়ুমথক কুপশিনবা অহাংবা চৌবর/ক্যুব (Cube) অমনি। মসিবু কোয়শিল্লিবা হকথেংনবা ফক্লাং থরদা লাইয়ুম-লাইশঙ অমগী লৈফম-য়াওফম থোকপা থর শেম-শাদুনা য়াওরি। লাইশঙ-শঙলেনসিগী মনুংগী মঙং-মতৌসিগী য়াতম-পাউদম্বদা মুংঙাইনবা অমদি থুদোং চাননবা মথাগী কায়া-শিংসি থায়দোকচরি, মদুদি :—

(A) চেক্‌চন্-লৈমায় (Plastered Floor)

(B) অহানবা মথোন (The First Storey)

(C) অনিশুবা মথোন (The Second Storey)

(D) মগুক/ড্রাম (The Neck/Drum)

(E) য়ুমথক মথা-লপলেন (The Ceiling)

অসিশিংসিনি। মথোয়সি মাগী মাগী অহাংবা শকক, মথাগী লৈমায় অমসুং কক্লাংগী লৈমায়শিং অদুদা লৈরি-পাল্লিবা অমসুং হাপ্পম-থম্লম্বশিংগী মওং-মতৌ, মরমনচিংবগী হিরমশিংদা মিৎয়েং থমজহনা অমদি য়ুমশা-কৈশারোন্গী মচাক্-মথুম, মশক-মশান-চিংবগী মায়কৈদা পাউদমবা হোৎনজগনি।

(A) চেক্শঙ-লৈমায় (The Plastered Floor)

লাইশঙ-শঙলেনসিগী মনুংগী লৈমায় অসি লাইশঙসিগী লমজঙ-শঙ্ডপকী মনুংগী লৈমায়থম ঈক্কি, তৈরা/শিৎপা লৈমায়-নি। মসি, মরাক-ময়ুং য়ান্নবা কিবর-ফিরেপ্পা লৈবা, মথাক/ময়ুংনা মিটর ২'৩৩৩ শাংবা, মসিগী অকোয়বা মশাং অন্না মিটর ৮'১৩২ শাংবা অমসুং মশাংমিনা স্কর মিটর ৪ ১৩৩ লোমগা পাক-চাওবা লম কোয়শিন-কন্নশিল্লিবা লৈমায়নি। অদুগা লৈমায় অসিগী অয়াং থংবা কক্লাংগী মরায়মকদা শ্রীবিষ্ণু-ভগবান (দেবাসি দেব বিষ্ণু)ঃ মত্রপা ম্যাংলম্বা লাই অমগী আসন/ফম্বাল (Throne or seat of auspicious one) থারমগনি হায়বসি লাইশঙগী অহানবা মথোংগী মথাথংবা শরুক অসিগী ডেডো (Dado) মপাদুদা লৈবিবা মৈ/থাউমৈ থঙ্কম/থানকমগী মকম লৈরিবদুনা খুদম তৌরি। অদুগা ফম্বালদুগী মমাঙ হায়বদি (লাইশঙগী মায়ওনগী মতুং ইন্না) মথা থংবা শরুক্কী লৈমায়দা হৈকং-লৈকংকী হৈহুন-লৈহুন তঙ্কম ওইরমগনি। হায়রিবা লৈমায়দা

মক্মাক্ নত্রগা লাইরু-লাইবুঙ খোল্লা (Altar/Stupa) শাফনা লাইশঙ ময়ুংদা লুক্ চনবা, পোং—চৈ কংপা, অমসুং হৈ—বৈ কংপদা লাইগী ঈরাং-থৌনী, পুজা-লাংজা, লাইশোন-তৌনশোন তৌবা অমদি মথোৎসি তৌনবা/পাংথোকুবগী মপোক-মচৈশিং থম্বসি থাম্নদগী চংনরকপা ওইনা হৌ জক কাওবদা মনিপুরগী লাই-শঙ-মন্দিরশিংদা তৌনরিবা ওইবতা নত্তনা ভারতবর্ষগী লাইশঙ-শিংদা অমসুং মালেমসিগী চর্চ (Church), স্তূপা (Stupa), পেগোডা (Pagoda) মোস্ক/মসজিদ (Mosque/Masjit) নত্তবশিংদা অয়াম্বনা তৌনরিবা ঙাক্কনি।

## (B) অহানবা মথোন (The First Storey)

লাইশঙ-শঙলেন ময়ুংসিগী অহানবা মথোন অসি শঙলেন-সিগী লৈমায়গী হেক মথক্তগী হৌরগা মথক্লোমদা য়াংখৎতুনা লৈরিবনি। মসি, মরাক-ময়ুং মায়বা লৈমায়গী মথক্তা মরাক-ময়ুং অত্তুম মায়না চেক্কী ফক্লাং মরিনা পুখৎলক্তুনা মথক্লোমদা মিঃ ৩গী অয়াংবা কাওবা চংথৎলগা লোয়। মসিগী মরাক অমসুং ময়ুংলিগা চেকচন্ লৈমায়গীগা মাইবৈ, হায়রবদি মরাক/ময়ুংনা মিঃ ২.০৩৩ নি, পাক-চাওবনা মরু মিঃ ৪.১৩৩ নি অহুপা কক্লিবা অহাংবা লম্না কেবি/ক্যুবিক মিটর ১২.৩৯৯ (চাওরাক্না ক্যুঃ মিঃ ১২.৪) নি। হায়রিবা অহাংবা লম অসিগী থারোম্ব থংবা মনাক-কেদা লমজঙ-থোঙ-ফাংথিবগী কক্লিবা অহাংবা লম কেবি/ক্যুবিক মিটর ৩.৪৯১৫ [Rectangular figure (L. 4.2 × B. 1.1 sq. m.) + Tringular figure (½ B. 1.1 × A. 0.30 sq. m.)], চাওরাক্না কেবি মিঃ ৩.৫ অসিসু তিনশিনগা পুন্না চাওরাক্না ক্যুঃ মিঃ ১৫.৯ অসি ওইনা লৌগদবনি। হায়রিবা কক্লিবা

অহাংবা লম অসিগী মনুংদনি চেকচন-লৈমায়গী মতাংদা মথক্তা লৈরম্-থম্লম্বা য়াবশিং, লৈমায় মথক্তগী হেনগৎনা লৈগদবশিংগী মরমদা হায়থিবশিং অদুনা লৈরন-শীজিন্নরমগদৌরিবনি।

লাইশঙ-শঙলেন মনুংগী অহানবা মথোনসি চেক্কী ফক্লাংশিংনা মায়কৈ মরিমক কোয়'শল্লগা থোঙ অমথক্তুং থারোমদা ফাস্তোক্তুনা হাঙহল্লগা লাইশঙ মনুং অসিদা চঙবনি। অদুবু মনুং অসিদা থোঙদগী চঙলকপা/লাকপা মঙান অসি, থোঙ অসিনা লাইশঙ-শঙলেনগী লমজঙফম লৈরিবদুদগী নিটর ২'৪ য়োম লাপ্পবনিনা ডিফ্যুজ লাইট (Diffused light) ওইবনা নীঙথীনা মনুংগী শরুকসি ঙানহনবা ঙমদে। অদুগা অহানবা মথোন অসিমক্কী ফক্লাং অহুমগী কোর্বল্ড আর্ক নিচেস Corbelled arch niches) কী মপাদা হুংপা অহুংপা/অহোবা চেকখুন-মখুন অহুমদগী লাকপা/চঙলকপা মঙান্দুনা থর মথৈ নুংথিলগী মতমদা শাফহল্লবসু মমশি-ল্লকপা অমসুং নোংথী-নোংমঙবা মতমদাদ খুদোং কয় চারম্লোয়। অদুবু মদুগী পুথ-হন্থবনা অদুদগা ঙাকথোক-কম্লোক্লবা থৌরাং মমাঙতৈগী অহল-লমনশিং অদুনা তৌরমদবা নত্তে। মরম অসিনা অহানবা মথোনসিবু কোয়শিল্লবা ফক্লাং, মমাঙগী ফক্লাং অসিদা নত্তনা অতৈ ফক্লাং অহুম—নোংপোক থংবগী, অরাং থংবগী লাইগী মায়ওনগী মনীঙ/মতুংদা লৈবা) অমসুং নোংচুপ থংবগী ফক্লাংশিংসু য়োনা ঙানহম্নবা মথোনসিগী মথা থংবা শরুক লোয়থিবগী খুদম তাক্লি-লৈম্নিবা ডেডো (DADO) গী মপাদা ফক্লাংগী চেকী চেকমায়দগী ফক্লাং মনুংলোমদা হঞ্জি-হুৎচিনহন্দুনা থাউমৈ/মৈ থানফমশিং শেম্লম্মী। হায়রিবা মৈ থানফম নত্রগা থাউমৈ থম্ফমশিংসি মশীঙ অহুম্নি, চেকচন-লৈমায়দগী মিঃ ১'৫ য়োমগী অরাংবদা শেম-শারম্মী। মথোয়গী মওং-মতৌদি চেকমায়দগী

য়েংবদা মথোয়সি মরাক-মমুং লাইবদা মমুংনা হেনবা ( চাওরাক্লা, অরাংবা সে: মি: ৫০ × অপাকপা সে: মি. ১০) গী ফিরেপ্পা ফক্লাংদা সে: মি: ৩০ হুৎচিন-হৎখিত্থুনা শেমখ্রী। মসিগী মরমদা ইন্দিয়া গভর্ণমেণ্টকী ইন্সপেক্সনা রিপোর্টনা শাঁওথারিবদি :—

…… In order to light up the interior there is a small rectangular hole at the level of the dado on all sides but the entrance porch which now shows a regular arch. On closer examination it was seen that this is a later addition inconsistent with the corbelled nature of the whole structure (Ibid, 34 & M.B. 1963, XXXVII-VIII), অসিনি। লাইশঙসিগী মমুংদা থ.াইদগী হেন্না মরু ওইরিবা কায়াং নত্রগা শরুক অসি অহানবা মথোন অসিনি, মফম অসিদনি হিন্দু-বৈষ্ণবশিংগী থাজবা পুন্নমকী তুংনফম ওইরিবসি।

(C) অনিশুবা মথোন (The Second Storey)

বিষ্ণু-লাইশঙগী অনিশুবা মথোনগী মমুং অসিগী অকোয়-বদা কোয়শিল্লিবা চপ-য়ুংনা চৎথৎ-কাখৎলকপা ফক্লাং মরিসি, অহানবা মথোনগী মতোনগী অরাংবগী চাং অহু হেক লোয়খিব-দগীদি অমস্তুং অনিশুবা মথোনগী মথোঙ (মখা থংবা শরুক) হেক হৌরকপদগী লাইশঙসিগী মমুংগী অহাংবা শরুকসিদা থর ঙাং-থোক-পৈ-থোক্র। ফক্লাংশিংনা মতোনলোমদা হাইজিন-চপশিন্না লৈবগী ফিবম-ফিরেপ্পা উই। উরিবা মওংসি, লাইশঙ-শঙলেন মশাসিগী মপানগী ওইবা মওং-মতৌ (Extornal -tructure

of the cube sanctum) দদি নথা থংবা মথোনগা মথক থংবা মথোনসিগ অনি অসি পৈ-ন-ওায়দনা লৈখিবনিনা হুয়জিন চপলি-য়ক্লিবগী মঙং-মতৌসি ফক্লাংশিংগী চেকলোনশিংদা থাবগী চাং হন্থরকপনা থোকহল্লকপা মইহেসি। ফক্লাংশিংসি মথক্লোমদা হুয়-জিন-পীকশিল্লি হায়বসি ইন্দিয়া গোভর্ণমেন্টকী ইন্সপেক্সন লাক্লগা আর্কিওলোজিকেল আর্কিটেক শ্রীমথো সরুপ ভট্‌সনা অহুম রিপোর্ট তৌবদগী য়াওরি, মহুগী রায়োল মতেক্তি :—

... ... The vertical portions of the walls of the cella are stightly tapered upwards.

(Ibid, XXXVII).

অসিনি। তৌরম্লিবা মতৌ অসি চেক্লা শাবা লাইশঙসিগী মথক্কা অক্লমগী চাং হন্থহন্দুনা মখা থংবা শরুক্লা মথক থংবা শরুকশিংবু লায়না অমসুং কোয়া পুবা ওয়বগী থৌওং-থোদা মাল্লি অমসুং হেক্তা নত্রগা য়ু-হ্না হাবগুমদা কাপ্থগন্দনবা নক্লগা কুয়রক্লগা নীঙ-থায়রকপগী খুদোংথীবগী চাং হন্থহন্দুনা লাইশঙসি মপুন্সি থর হেন্না শাংননবা লোথৎপা চেকশিন'থোরাংগী থুজীল মাল্লি। মরমদি অসিগুম্বা মথলগী অমসুং মঙং-মতৌ, কাইদা-আকতগী লাইশঙ-শিংসি মথলসিগী লাইশঙ শাবা হৌগৎলকপগী মচীনহৈলা য়াম্না তোম্না কান্থখিবগী ঈ-পাউশিং চৈথারোল কুখাবদা য়াওরি (চৈ: কু: ১২৮৯, ৭০, ৭১)।

অনিশুবা মথোনসিগী মমুং অসিম্ন মরাক-মমুং মায়বা কিরেগা থর মথে ওামশোক-ওামশিন তৌনরবমু, লেপলি হায়বদুদি অহুম য়াই। মরম অসিনা মসিগী পাক-চাওবসি স্কায় মিটর ৪.১৩৩ নি হায়না লৌবা য়াই। অহুমা মফিগী অৱাংবমু মি:৩ নি হায়না

অচুম্বক পারগা অহাংবা শরুক্তুনা কল্লি-কাল্লিব। মম অসি খর-মথৈ হেনগংলবস্থ কেবি/ক্যুবিক-মিটর .২'৪ নি হায়না পাবা য়াই। মথোনসিগী মঙ্গংগী অহাংবা অসিদদি পোখম, লৈমায় লৈতবা অমসুং মথক্তগী মবী য়াম্থহনা লপ/খোল্লা/শিকানচিংবা অমত্তা শাদবা অমসুং মরী য়াম্থহন্নবগী পনকম-পাম্বৈ লৈরম্বগী/লৈবগী খুদম অমত্তা ফংদবসিনা অহাংবা ওইনা অসুম্বক মঙান অমসুং নোংশিংকী লম্বী ওইনা লৈরম্বী হায়না লৌজে।

অনিশুবা মথোনসিগী মায়কৈ মরিমক চেক্তী ফল্লাংনা পুম-কোয়-কোয়সিন্দুনা ঈফুন-ফুনজিল্লি অমসুং হায়রিবা ফিবম অসিদা য়ুমথক-মথা-মঙক/ড্রম (Neck Drum) অচু ফাওবা কাখংখি।

## (D) য়ুমথক-মথা-মঙক/ড্রম (The Neck/Drum)

বিষ্ণু লাইশঙগী লাইশঙ-শঙলেন মঙ্গংগী কায়াং মঙক/ড্রম হায়বা অসি লাইশঙ-শঙলেনসিগী মপানগী ওইবা মওং-মতৌ (The external Structure of the sanctum, দা ঊবা ফংদে। মঙক হায়না লৌজরিবা, ডোমিক আর্কিটেকচর (Domic architecture) দা শীজিন্নরিবা লোন্দা-পুদা অসিনা খঙনরিবা য়ুমশা-কৈশাগী পাম্বৈ নত্রগা শঙলেন-কায়াং আসগী মরমদা মথক্তা পীজখিবহু মশাগী মতাংসিদা অমুক হন্না উৎচরি :—

As we saw in the Pantheon in Rome, the great hemispherical dome rested directly on the circular wall (Fig, 420a), which presented no special difficulty in the construction, since the round wall had the same shape as the round base



Fig. 420. Domes over round and square compartments.

of the hemispherical dome which had to rest on it. But the building of a round dome over a square base, made up either of four walls that enclosed a square space ( Fig 420 (b) ) or a four pillars standing in the four corners of a square (Fig. 420 c), required first the construction of a transitional mosonry to transform the square into a round base on which the dome could rest, That piece of masonry which was needed to effect this transformation was curved, or spheri-cal. triangular called the pendentives (Fig. 420d). One of these rose from each corner of the square. Four were needed to carry the dome. They formed for semicircular arches between piers and met at the top to form a round base on which

the dome could be built. During the First Golden Age, the lower portion of the dome was pierced with windows (Fig. 422a.) In the Second Golden Age the dome surmounted on a circular wall called a drum, in which the windows were cut (Fig. 422b). These were the chief source of illumination in the interior, This diffused light from above gave a wanderful effect. (E.T., 1992, 335-6).




Fig 422. (a). dome without drum, with windows pierced around the base : (b) dome on a drum with windows pierced in the drum.

মথক্কী মঙক/ডুমগী মায়োল অসিদগী থঙলিবদি বাইজেন্টাইন-শিংনা পুথোক্লিবা মঙক অসিদা থোঙনাওশিং হুংলি হায়বসিনি। অহুবু মঙকসিদা থোঙনাউ হুংলিবগী মরু ওইবা মরমদি শঙ মসুংছু ঙালহন্নবগীদমক্তনি। থোঙনাউ অহু অতৈ মকমশিংদা হুংপা/পানবা য়াই। মহুনস্থু মঙান অহুম্মক চঙহন্‌গনি।

লম্বাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙসিগীদি মপানগী ওইবা মওং-মতৌগী শরুক্তা মঙকী শরুক অসি য়াওদে অদুবু অনিশুবা মথোন অসিনা মঙক্ ওইনা মহুৎ শিনহনবস্থু য়াই তৌইগুম্নসুং ডোম অসিগী অহৌবগী শরুক্তি মথোনসিগী মথক্তগী হৌরি। অহুগা লাইশঙ শঙলেনসিগী মসুংগী ওইবা মওং-মতৌগী কায়াংশিংদদি

মণ্ডক/ডম অসি য়াওরি। মসিগী মরমদা ইন্দিয়া গোভর্ণমেণ্টকী আর্কিওলোজিকেল আর্কিটেক শ্রীভট্ট সনা পীরম্লিবদি :—

> ... The vertical portions of the walls of the cella are slightly tapered upwards and the portion corresponding to the dome that is seen on the outside is covered internally by the corbelled dome is carried on about 21/22 ft. of vertical drum rising from a circle obtained by filling the corners by means of corbelled pendentives.
>
> (M B., 1963, XXXVII).

অসিনি। মসিগী মতুং ইন্না মণ্ডক অসি য়ুংনা চুমত্রিং-চুম্না মথক্রোমদা কাথৎলিবা অমনি। ডম অসি মরাক-ময়ুং মাম্নবা (স্কার) অচুগী কক্লাংশিংগী তাইনবা কাচীনশিং অহূদা কক্লাংদগী ইথোক-হেন্দো-ক্লকপা পেন্দেন্টিভশিং/৪ না অহাংবা শরুক ফুঞ্জিনহন্দুনা শেম্না অকোয়রবগী মপাক ওইবা অমদগী হৌরক্লগা ডোম অচুগী অকোয়-বা মথোঙ/মপানগী শরুকশিংচু পমহ্নন নক্রগা শৌগৎলগা লৈবনি। হায়রিবা মওং-মতৌ অসি মথক্কী ( E T., 1992 ) দগী লৌথো-ক্লবা রারোনগী শরুক্তা য়াওথিবা অয়েকপদা ( মশীঙ 420d দা ) তৌরিবা মওং-মতৌ অসিদনি। মণ্ডক্কী শরুকসিনা কল্লিবা লমসি চাওরাক্লা কেবি মিঃ ০'৩২১ রোমনি, মসিনা তাক্লিবদি বিষ্ণু-লাইশঙসিগী ডোম অসি হেমিস্পেরিকেল তংশংনা ওইবা ডোমনি হায়রবসিনি।

## (E) য়ুমথক্-মথা-লপলেন্ ( The Ceiling )

লাইশঙ-শঙলেনসিগী মন্নুংগী কায়াং, য়ুমথক্কী মথা ওইরিবা 'য়ুমথক-মথা-লপলেন" (The ceiling) হায়রিবসি অমুক তোপ্পা লপলেন অমা থান্নুনা শেম-শাবা অশেংবা য়ুমথক্কী মথাগী শরুক মথৈ থুংনা শক্তিনবা, য়ুমথক্তগী থক্তিক্তা ওইরবস্ সাপ্পনা নত্রগা কাখোক্তুনা লৈবা অত্নুমক্তি নত্রে। মসিদি য়ুমথক্কী কুপ্লিবা চেক্-শিং অত্নুগী হেক মথা থংবা শরুকশিং অত্নুনা ওইবনি। মসি নোংময়োনগুন্না মথক-মতোল্লোমদা অকোয়বা ওইনা ল্লাংথংগ্রগা অকোয়বা মতুমগী তংখায় ওইনা লৈবা নত্রগা য়ুমথক-মথান্নুগী লমথৈ ওইরিবা মণ্ড-মতো নত্রগা ফিবম্নি। অশেংবমক মসিনা কোনশিল্লগা মথক্তা লৈরিবা মণ্ডংসি মিংয়েংদা অতিয়ানা উরিবা মণ্ডং-মতৌ অত্নুমক্লি হায়বা য়ারবনি। অকোয়বা মকোনগী য়ুমথক মথা নংত্রগা য়ুমথক-মথা-লপলেন অসিগী খাইদগী হেন্না ৱাংবা, মসিগী মপাল্লোম থংবা শরুক্তা লাইশঙগী খাইদগী হেন্না ৱাংবা মতোন-তোল্লেন লৈগদৌরিবা মফম অসি মিটর ৭'৫ রোম লাইশঙ-শঙ-লেনগী লৈমায়দগী ৱাংই। (অত্নুবু মসি ইন্দিয়া গোভর্ণমেন্টকী ইন্সপেক্সন রিপোর্টতদি ফুট ২১/২২ (মি: ৬'৪০/৬'৭০) রোমগী চাংদা পীরি।

মথক্তসু পঙ্গ্রে, য়ুমথক-মথা অসিনা হেমিস্ফিরিকেল গ্লোব (Hemispherical globe) অমগী তংখায় শানা কোয়রিবা মণ্ডং-মতৌগী ফিবম-ফিরেপ্তা তাহল্লিবসি, মসিগী মথক কুপ্লিবা চেক্‌শিং অত্নুনা লোনথং—চনথংনবদা চেকশিংদুগী মচীন-মতোনশিংদু অমগা-অমগা থক্তিক থক্তিক মাঙলোমদা নংত্রগা লাইশঙগী মন্নুং-লোম থংবা মায়কৈদা হেনক্তিন-চঙশিনহন্না লোনথংনবা খুংলোন

(Juxaposition) দা থব্বদগী থোকহল্লক্লিবনি। অসুম্না মমুংদা কোন-শিল্পরূপা মকোন অসিগী অচৌবদি মখোঙ নংক্রগা মথাগী মকোনসিবু পুরিবা য়ুক্সম অহুনা ডাইমেটর চাওরাক্লা মিটর ২'০২ ওইরগা মখোঙসিদগী মথক্কী মতোন-তোক্লেন (Tip/Surmmit/Meridian/Zenith) অহু য়ৌবা ফাওবগী অরাংবমা চাওরাক্লা মিঃ ১'৫ রোম্মি। অহুগা হায়রিবা য়ুমথক অসিগী চেক্লোনসি চাওরাক্লা মিটর ০ ৬৪/০ ৬৫ রোম থাই। অসুম্না অকোয়বা চেক্কী মকোন ভংথায় অসিনা বিষ্ণু-লাইশঙ অসিবু মথক কুপ্পুনা অহাংবা মালংগী মকোয়দা থাইদগী হেন্র। মাংবা মতোন-তোক্লেন্দা লৈবা বিষ্ণুলোগ, বৈকুণ্ঠগী মাথললোন চঙহন্দুনা/হাপচিন্দুনা/পুহন্দুনা বৈকুণ্ঠনাথ (Lord of Veikuntha : the peak-summit of the celestial atmosphere) বিষ্ণুবু লাংলকথি অমসুং লাংলম্মী।

## লম্মাংদো' বিষ্ণু-লাইশঙগী ওংদা-কাইদা (THE STYLE OF THE VISNU TEMPLE OF LAMMANGDOM)

# মাহৌদোক

খুরোই হাওবা লম্মাংদোং, বিষ্ণুপুর/বিসেনপুরগী লাইশঙ অসি লৈহুনা শ্রীবিষ্ণু লাংপদগী লম্মাংদোংগী লমদমবু বিষ্ণুপুর হায়না থিংথোক্লখিবা বিষ্ণুগী লাইশঙ অসিগী য়ুমশা-কৈশারোমগী মহৈ মশীংগী মঙান অমসুং য়ুমশা-কৈশাগী ওংদা-কাইদা অসি থা

এসিয়াগী অৱাং-নোংপোক্কী শমখৈ অমসুং খা-মোংপোক এসিয়াগী অৱাং-নোংচুপকী লমখৈ-লমদমশিংগী উন-তিন্নফম. শোক্না-শম্নফম লমদমসোম্নদা তোপ-তোপ তাৱা অমসুং য়াম্না অথনন-অরুক্না তাংলবা মনিপুর ইতিহাসকী খুদোল অমনি। লাইশঙ অসিগী লমচং-লীচংকী কাইদা অসিমু তোথায় তাবা শাজৎনি, হায়বদি হিন্দু-লাই লাংপা বৌদ্ধিক লোনচত্তা শাবা লাইশঙ অমসুং মৈতৈ জাতিগী ওইবা লাইনীঙলোনগী মচং—মনাক্তা খুরুম-খাজঙনরা লাই-শঙনি। অসিগুম্বা য়াম্নবা মনাংকী জাতি-কাংলুপশিংগী মনুংদা মৈতৈ [ মৈ/মী তাই : Man of the Tai ] হায়বসি অথোইবা অমনি হায়বসি শ্রীমধো সরুপ ভট্‌সনা মীওোন্দগী পুরুপা কোটেসন অমনা উৎলি, মচুদি :—

> "It is no wonder that the Manipuris should appear to be Mongolian by features, chinese by culture, Aryan by tradition, Naga by observance and Mithraic by faith".
>
> (M.B., 1963, XXXVIII)

অসিনি। অৱাং-নোংপোক ভারতকী সিভিলাইজেনগী মঙালগী মমি শাম্নবা লমদম অসোমদা মালেমসিগী মনুংদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংলবা হিন্দু ফিলোসোফীগী মমল য়াম্নবা, পোংশকী ওইনা তাংলবা লাইশঙ অমা বিশ্ব-হিন্দু রাজ্যগী মপান্দা (Outside the realm of the territorial juridition of the Hindu Universal Empire ) থম্লিবা মৈতৈ হিন্দু মহাক অহুগী মমলদি ঙসিগী ইতিহাস অমসুং হিরমসিগী অথঙ-অহৈশিংনা লেপ্প-খিগনি হায়না থাজই।

লাইশঙসিংগী ওংদা-কাইদাসিংগী মরী-মখোঙ্

বিষ্ণু-লাইশঙসিংগী য়ুমশা-কৈশারোনগী ওইবা মওং-মতৌগী ওংদা-কাইদা অসিদা শাবা নত্রগা মসিগী মায়বা লাইশঙ নৎত্রগা য়ুম-কৈ, শঙ-শঙ্গোয়নচিংবা অমত্তা ইন্দিয়াগী ইতিহাসকী ওয়াংগী মতম ভাংকক ফাওবদা শারমদে অমসুং হৌজিক ফাওবগী মতম অসিদসু লৈত্রি। মরম অসিনা লাইশঙ অসি ইন্দিয়াগী মসুংদা মত্তোমত্তা ভাইবা ওংদা-কাইদাগী লাইশঙনি। মসি, ইন্দিয়ান তেম্পল আর্কিটেকচর (Indian Temple Architecture) গী ওইনা লৈজরিবা মথংগী মরু-ওইরিবা ওংদা-কাইদাশিং— (১) নগর (Nagara) (২) দ্রাভিদা (Dravida) অমসুং (৩) বেসর (Vesara) অহুমসিগী মমুং চন্দে অমসুং অহুমসিদা য়াওদে। মখোয়সিবু খঙননবা পীরিবা অতেনবা য়ারোলশিংদি :—

Nagara : Generally taken to mean 'northern' temples owing to their sharp divergence from southern or Dravida ; stands for a square-sectioned temple, whose sikhara is of rekha type surmounted by amalakasila sometimes. It is, rather obscurely, taken to represent any temple, in early Tamil literature (K,V S,. 1972, 90).

Sikhara : The southern style denotes only the topmost major component of the temple elevation, above the griva or neck and

below the stupi. 'In northern' usage it stands for the whole of the superstructure above the cornice level (Ibid, 93).

Rekha : Line ; Rupa rekha (i) outline, contour ; (ii) Synopsis (R.K.S, N.D., 518),

Amalakasila : The topmost important feature of a northern temple over the rekha sikhara. It is the form of the ribbed myrobalam fruit or its flattened variants (K V S., 1972, 85).

Dravida : One of the three major divisions of temple styles often used in Silpa texts. the other two being Nagara and Vesara ; it is essentially restricted in texts to designate the octagonal diagnostic sikhara feature, but has considerably more component features, for identifying a temple as Dravida in a clinching way (Ibid, 87)

Vesara : Notwith standing the differences about its suggested connotation and its covering the circular cross-section also, the term probably stands for apsidal structure of gajaprishthakriti in elevation and having a chaitya pent-house front for its superstructure,

the area of its largest and prime incidence is the zone between the Narmada and the Krishna rivers (Ibid, 96).

Gajaprishthakriti : Crowning with the style of the back (behind/posterior part) of the elephant (V.S.A., 1993, 177, 347, 160).

Chaitya : 1. A pile of stones forming a land-mark. 2. A monument, tomb-stone, 3. A sacrificial shed. 4. A place of religious worship, altar, sanctuary 5. A temple, 6. A Buddha or, Jaina temple. 7. A religious fig-tree or any tree growing by the side of streets (Ibid, 211).

অসিশিংসিনি। মথোয়সিগা মওং-মতৌগী ওংদা-কাইদা মায়দবসিন। ইন্দিয়া গোভর্ণমেণ্টকী আর্কিওলোজিকেল প্রোটেক্স এণ্ড প্রিজার্ভে'সন (Archaeological protection and preservation) গী ইন্সপেক্সন লাকপা ইন্দিয়ান টেম্পল আর্ট এণ্ড আর্কিটেচরগী এক্সপার্ট আর্কিটেক্টনা মহাক্কী পরাগী য়াংমদা লৈবনিনা বিষ্ণু-লাইশঙসিগী য়ুমশা-শঙশারোনগী ওইবা ওংদা কাইদাগী মতাংদা করিস্থ পল্লমনে। অহুবু হায়রিবা এক্সপার্ট আর্কিটেক্ট অসিনা কোন্না খিজন্-হুমজিল্লুরবা মতুংদা য়ুমশা-শঙশারোনগী ওইনা মওং-মতৌ মায়বা. ইন্দিয়াদগী থাপ্লবা মনিপুরদগীস্থ তায়বা ইন্দিয়ান ওনিনগী সমুদ্র ময়ায়দা লৈবা ঈথং জাভাদা লৈবা লাইশঙ অহুমথকা চাংদম-পাদমবগী

রারোল· 'বিশ্বেশ্বরানন্দ ইন্দোলোজিকেল পেপর সেরিজ' কৌবা চেফোংগী ৪০ রক শুবা থোকপা চেফোংদা খৃ: ১৯৫৪ দা হাপ্লুনা ফোংদোক্লকখি, রারোলশুদগী শক্তোক্লকপা মচঙ্ ওইবা মরোল্দি :

> ...... and architecturally it seems to form a link between the Indian and the Further Indian typcs of temples and in particular to the temples of Java called CHANDIS, Certain features of comparisicn present in the Bishenpur temple and the Chandis of Java are worth noting here. For instance, they are :—

1 Two storeyed brick structuree with narrow porch as in Chandi Punta Deva of the 7th century A.D.

2. Narrow porch with corbelled arch in Borodur of the 8th century A.D.

3, Ventilation holes as in Chandi Pawon of the 9th century A.D. ( M.B., 1983, 35 ).

অসিনি। মসিদি চুমা থক চাংদম্নবা মাম্নবা থয়হু থনপংলগ। হায়বা রারোম্নি। মসিমক্না লাইশঙশিংসিগা লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙসিগা য়ুমশা-শঙশারোনগী ওইবা য়ুমশা-শঙশাগী ওংদা-কাইদা মাম্নে নংত্রগ, মাম্নগনি হায়বহুদি রা-না থোকনি, মরম অসিননি ঈকাই খুম্নীঙঙাই ওইরবা এক্সপার্ট আর্কিটেক্টনা,

ইন্দিয়ান অমসুং থাগ্নোক্লা, থাগ্না লৈব্রবা ইন্দিয়ান লাংশঙ মখল-শিংগী মরক্তা মরী অমা শেম্বগী মওং মান্নি, হায়না ইবীরম্মি-বসি। অদুবু চারগা হিংবা মীওইবনিনা 'চাক' হায়বসিখক মান্নবনা ঈংলিশ মচাগা মৈতৈ মচাগা মান্নে হায়বা লোজীক অসি নিযুক্লিয়ার একগী প্লাষ্টিক পেরিওডসিদ। মীয়াম্না পাম্নগনি থাজজদে। অদুগা ইন্দিয়ান মেনলেণ্ডদগী তাম্না লৈরে হায়দুনা ইন্দিয়ান মেনস্ট্রিম কলচরগী ময়াঙ ওইরিবা লাই অমা লাংলম্বা মনিপুর ইতিহাসকীদা নত্তনা ইন্দিয়ান হিষ্টোরী থাক্তা নাইতোম-তোমথীন ওইরবা লাইশঙসিগী ওংদা-কাইদাগী টাইপোলোজী (মখলগী মহৈ-মশীং) গী মরমদা হৌক্তিক ফাওবদা খোংফম নামা ফাওবা থাংজিনবীদ্রিবা অসিগী অশোনবদি আর্কিওলোজীকেল সর্ভে ওফ ইন্দিয় Archaeological Survey Of India) গী নত্তে, ঐখোয়গী অশোনবদগীনি। মরমদি লাইদি অমা হেক্তা ওইসমু, মনাং/কলচর অমসুং ঐতিহাসিকমূল্য (Historical value) দদি চপ মান্নৈ

ভারতকী মক্ষম অমতদা মনিপুরদা নত্তনা অসিগুম্বা য়ুমশা-শঙশারোনগী ওইবা ওংদা-কাইদাগী লাইশঙ অমত্তা লৈতে, হায়বসিগী খুদম-চাংদমগা কোন্না রাপা অমসুং রাপাং (Defending and evidenting prosecuting words/statements) পুখোক্লিবসি পেসি ব্রাউন (PERCY BROWN) ন। মহাক্না পীরিবদি ঃ –

> .........this type of corbelled arch can be attributed to the Burmese masonry.

According to him the method of placing brick unit into juxtaposition either in the principle of true archor even in the form of arch itself was never adopted by the Indian builders, as they, according to him, mistrusted the stability of such structural expedience. The true arch was never found in any indigenous building in India until introduced by the invading Muhammadans in the thirteenth century ... Only in a few occasions the Indian builders experimented the arch as for example, Mirpur-khas and Bhitragaon The true arch boldly used is found only in the entrance of Bodh-Gaya Thus portion of the building has now completely covered by the subsequent restorations, and moreover, it is possible that these particular arches were not in the original structure but introduced by the Burmese masons during the process of its reconstructien by them in the fourteenth century .. . .

(P.B., 5, 45 & quotel M.M., 1983,9)

অসিনি। মহাক্না হায়রিবা আর্ক অসিদি লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙ অসিদা শীজিন্নৈ হায়বসি লাইশঙগী শঙলেনগী মথংগী ওইবা মওং-মতৌগা মতাংদা পঞ্জখ্রে মরম অসিনা ইন্দিয়াদা

ভোল্লা য়ুমথক কুপ্পা লাইশঙ শাবল্লিবসি — লৈপুঙ কোয়না লৈমায়দা থোনগংপা অদুগী মঙং-মতৌ অমসুং য়ুমশা-শঙশাগী ওংদা-কাইদাগীনি। ব্রাফম অসি হায়রিবা ডোম অসিনা ইন্দিয়াদা হৌরকখিবা — বৌদ্ধ সাধক ( Buddhist aspirant ) শিংগী স্তূপা (Stupa) হৌরকপা (মথক্তা উৎচপ্রে) অমসুং স্তূপাদগী হিন্দুগী মন্দির (Mandir) হৌদোক্লকপা (B.N.L., 1988, ) অসিনচিংবা ব্রারোলশিংনসু য়ারবনি।

অনকপা, য়ুমলোন্নবদা লৈরিবা ইন্দিয়াদা লৈতবা, কংদবা য়ুমশা-শঙশারোনগী মঙং-মতৌ অমসুং মসিগী ওংদা-কাইদা অসি ইন্দিয়ান টেম্পল আর্কিটেকচরগী এক্সপার্ট শ্রীমধো সরুপ ভট্সনা মান্নবা চাংদম্নবগী খুদম পীরিবা জাভা ঈথংকী চণ্ডী পুন্তা দেবা, বোড়োবুদুর, চণ্ডী সারোননচিংবগী মরীরোমদগী লাকপা তারিব্রা ? ব্রাহংসিগী পাউখুমসি হোয়নি-মান্নি হায়না খুন্না তারবদি, লাপ্পরিবা লম মরাপ, লাল্লক্লিবা লৈপাকশিং, লমদমশিং অমসুং জাতি-কাংলুপশিংগী মায়কৈরোমদা মিংথেং থম্নকপা মতমদা মুংখিল পো-বোপকী মঙ তারোইদ্রা ? ইন্দিয়াদদি ম্যান্মারদদি চঙদ্রগা মনিপুরদদা অথন্ননা চঙখি হায়বদি ময়ামগী নোকফম ওইদুনা তোক্লনি। অদুগা অধেংবা মতমগী, হায়বদি ইন্দিয়ানা হৈরবা মতমদা বিষ্ণু-লাইসিনা ইন্দিয়াগী ওইবা মপোৎনিনা অমসুং লাইশঙ হায়বসি লাই অদুগী মপোং-মরন নত্রগা লোইনবা শঙ ওইবনিনা ইন্দিয়াগী মকম অমদগী চঙলকপনি হায়্রসি হায়রবসু হায়রিবা বস্তু শিল্প কলা (Architectural art) অসিগী মহৈ-মশীংসি ইন্দিয়াদা ম্যাপ্পাশিংনা হৌদোক্লি অমসুং ভারতিয় বস্তু শিল্পকার (Indian architect) শিংদা তম্বীরি। মরম অসিনদি হায়ম্বিবা য়ুমশা-

শঙশারোনসিগী থুদোল স ইন্দিয়ারোমদগী ম.নপুরদা হৌদোক্লবা নত্রগা তম্বীরবা হায়বসিমা নত্রে, মথোয়সিদি ম্ াস্ম /অৱাশিংগী শিষ্য-সেবক (Disciple/Student) নি. অদুগা য়ুমশা-শঙশাসি মথোয়গী নত্তে হায়বসিমসু ময়েক শেংলে।

'ডোমগী ওংদা কাইদা অমসুং মওং-মতৌসিদি মফম-মফমগা ওইনা থেন্ন-থেন্নবা নত্রগা মান্ন-মান্নং। মতমদা হৌরকখিরম্বা য়াই. থূদম ও:না, ঈজিপ্তগী পেরামিড (Pyramid) অসিমক মথল-সিগী মরাক-মথুং নাইবদা চীথেক মরি নাইবা মথলগানি হায়বা যাই। ডোমগী আর্ট অমসুং আর্কিটেকচর অসিনা হৌনীঙবা মফমদগী হৌরক্লবসু স্কার ওইবা য়ুম্ফম নত্রগা মথোঙদা ডোম হাপ্পা অমসুং য়ুম্ফম Base) অদুদা ডোম হাপ্পদা চেংননবা, ফিবম তাহন্নবা, লায়থোকহন্ননবা অমসুং মিংয়েংদ পুক্লিঙগী ঈথিন-ঈহৌ-হন্নবা শেম-শারকপা অমসুং থুদোং চাননবা পাম্বৈশিং - পেণ্ডেন্টিভ (Pendentive) অমসুং অকোনবা নত্রগা মকোয়গী তংথায় ওইবা নংত্রগা কাচীন অহুম মান্ননা নাইবা (Curved or semicircular or triangle) পেণ্ডেন্টিভতু শানবা আর্চ (Arch) পুথোক্লকপসিদি বাইজেন্টাইনশিংননি হায়বসি মথক্তা বাইজেন্টাইন আর্টকী আর্কিটেকচরগী হিষ্টোরী মতেক অমতং পাউদমজাথিবদুদগা থঙবা ঙমই। মরম অসিনদি মথক্তা নৈন-খিবা আর্চকী হৌরককমদি বাইজেন্টিয়ম অমসুং বাইজেন্টাইন আর্কিটেকচরগী অহানবা সনাগী মুক্না ইবগী তাংকক (খৃঃ ৫২৭-৬২) তা পুথোক্লকখি। অদুদসু নত্তনা ডোম পমথং শৌগংপদা মুংতাইনবা. থুদোংচানবা অমসুং কোম্ননবা ডোমগী মংক/ডম (Drum) দু হায়রবা বাইজেন্টাইন আর্কিটেকচরসিগী অনিশুবা

সনাগী মুক্ত আর্কিটেচরেল হিষ্টোরী ইবগী মতম-তাংকক (খৃ ৮৬৭-১১০৪) কী মতমসিদা হৌদোক্লকখি। অতুবু বাইজে-ন্টিযম হায়বা খাপত্রবা মেডিটরেনিয়ন সী (Mediterranean sea) গী লমদমগী মনুং-চনবা লমসিদগী ইন্দিয়া কাম্বোক্লম্বা করম্ম। মনিপুর য়ৌরক্লিবনো, হায়বা ব্রাহ্মসিগী পাউখুমদি মালেম-সিদা কাওব্রিবা সিল্ক রোড ( Silk Road ) না রোমান/বাই-জেন্টাইন অমসুং টাই-চাইনীজশিংগী কলচরেল একচেঞ্জ (Cultural Exchange) শিং, টাই/শান অমদি চাইনীজগা অমসুং ম্র্যাম্মা/বর্মিজ/ম্যাম্মা অরাশিংগগী কলচর, কলচরেল মেটরিয়েল অমসুং মেটরিয়েল কলচরশিং (Culture, Cultural materials, and Material cultures) ওন্ন-শিন্নবগী ইতিহাসশিংনা পীজরসন্থ।

মখক্তাসিদগী বাইজেন্টাইনগী যুমশা-শঙশারোনগা মহৈ-মশীংসি চাইনাগী সিল্কী মকোন শেন্সী প্রোভিন্স (Shensi province) তা য়ৌরকুনা চাইনীজ পেগোডা আর্কিটেকচর অসি থোক্লকম-গনি। হায় ৱবা পেগোডা আর্কিটেকচর অসি চাইনাদগী ম্যাম্মারদা শন্জোক্লকপনি হায়বসিদি পেগোডা/প্যাগোডা (Pagoda) হায়-ব্রিবা চাইনীজ লোনগী ৱাহৈ অসিমক্তা তাক্লি। অমুম্মা হায়রিবা পেগোডা আর্কিটেকচর অ সগা লোইননা ম্যাণ্মার/ভ্রম´াদা লৈরি-বা আর্কিটেকচর মখলশিংদি :—

(1) বুদ্ধিষ্ট আর্কিটেকচর (Buddhist architecture) ঃ—

(A) স্তূপা (The Stupa) নত্রগা পেগোডা (The Pagoda),

(B) লাইশঙ/মন্দির (The Temple),

a) The Stupa ; . is a bell-shaped structure of salid brick-work raised on a series of receding terraces and crowned by a conical finial. The term ,Zedi' which is derived from the Pali word Cetiya, is applied to such structures, commonly having a small to sealed-up chamber of ten in the basement and sometimes in the dhatugarbha (The relic-chamber) which lies between the bell-shaped section and the finial. (K.M., 1983, 164).

b) The temple : ... .. is a square, hollow temple constructed to contain large images of the Buddha and rising up in gradually diminishing terraces pyramidal roofs and crowned with curvilinear Sikhara. They are mostly large structures some of which attain a height of 200 feet. (Ibid, 164),

c) Pagoda : Pagoda monuments of Burma are of the solid stupas, the earliest extant examples are the BAWBAWGYI PAYAGYI and PAYAMA of Srikshetra (Ibid, 164). Tradition ascribed their

religious edifice to the 1st century B.C, but archaeologically, they belong to the 8th century A.D.

(i) The first is a square masonry terrace on which are generally placed small pagodas, sometimes miniature ones of the main stupa which they surround, steps ordinarily lead up this terrace on the four sides At the corners are frequently found huge figures of lions or human-headed lions called Mancessiha

(ii) The second portion is made of receding plateform with bold mouldings and frequently, projecting angles occur at this stage, especially in the stupas of lower Burma.

(iii) The third partion is the bell which is the representative of the hemispherical body of the ancient stupa.

(iv) The fourth is the spire, consisting of a number of diminishing rings and decorative features. Above the ring is a band of lotus leaves printing downwards and anothers with leaves upturned, the

two being intercepted by a bead moulding. The next component of the spire is a cone designated amalaka in India and known in the Burmese as Khayaithee. (Ibid, 165)

d) Thein or ordination hall of monks.

e) Pitakattaik or Library.

f) Umin or Cave temple.

g) Kyaung or Monastery.

h) Rock-cut temple ... ... is the sub-terra- etc. nean structure or rock-cut temples, etc. (Ibid, 170)

(২) হিন্দু আর্কিটেকচর (The Hindu Architecture).

a) Ku or cave (Temple) : — The forms of temples in Burma are found among these categories of temples = the bell-shaped pyramids of dead brick-work in all varieties ; the same raised over a square or octagonal cell containing an image of Buddha : the bluff knots like dome of the Ceylon Pagodas; and many variation on these types. But the

predominant and characteristic fomm is that of cruciform vaulted temple.

The temples are called as KU or caves, derived from cave-temples of India. The simplest examples have their prototypes in the square hallow shrines of Sriksetra. Basically there are two distinct types. The first is a vaulted chapel with only one entrance and a Buddha image at the far end. The second has four entrances and a central cube with a Buddha image against each side. A narrow passage runs down the central pile. The walls are usually of great thickness to support the superstructures. The art of building the temple was developed during the early Pagan period. One of distinguishing feature is the perfection of vaulting and pointed radiating arches with voussoired bricks. The interior is embellished wiih mural paintings. The dark corridor is dimly lit by perforated windows......

(Ibid, 190).

অসিশিংসিনি। হায়রিবা ম্যাম্মারগী লাইশঙশিংসিদদি আচ´শিং নীঙথীনা শীজিন্নরি অমস্থুং মথোয়না ইন্দিয়াদা মসি শীজিন্নব, হৌদোকখিবসি খৃঃ কুমশীঙ চা ১৪ শুবদা বিহারগী বুদ্ধ/বোধগয়াগী লাইশঙ অমুক হন্না শাবদনি হায়বসি পেসি ব্রাউননা

খুদমগা কোননা উৎলগা মাগী ষ্টেটমেন্ট তা পীখ্রে। অদুনদি খম-নৈনবগী পনগোম্মনুংদা লৈরিবা লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙ অসিগী য়ুমশা-শঙশারোনগী ওইবা য়ুমশা-শঙশা, মগুং মতৌ অমসুং মশক-মতৌগী ওংদা-কাইদা অসিগী হৌরকফম অমসুং মথল অসি ইন্দিয়ারোমর্গী নত্তে, ম্যান্মার/অৱারোমগীনি। মরম অসিনা ইন্দিয়ান টেম্পল আর্কিটেকচরগী এক্সপার্ট আর্কিটেক শ্রীভট্‌সগী অমত্বা লাইশঙ-মনুংদা মিৎ উইশিল্লগা যোগ-সাধনা য়াওদনা কৃষ্ণ থিবগুম্বগী ৱারোল - ভাভা ঈথংকী চণ্ডী-লাইশঙশিংগা চাং-দম্নবগী থঙজিনবা কান্নবশিংসিনদি বিষ্ণু-লাইশঙসিগী ওংদা-কাইদগী ল-মসিদাদ ক রম্সু তৌনবা য়াদে।

লাইশঙসিগী ওংদা কাইদা মথল/মশক

বিষ্ণু-লাইশঙসিগী ওংদা-কাইদাগী মথল/মশক অসি ইন্দিয়াগী শকথঙনবি-লৌখৎনরিবা হিরম সগী মথল/মশকশিংগী ৱাংমদনি মসি, মথু -খুঙ্গংদ নম্রগা খুঙ্গংগী লমদমশিংদা ফমা য়াম্না মমিং লৈজহুনম্ব, শকথঙনহুনম্বু অমসুং ঈকাই খুম্নব ফংহুনম্বু কংলৈ-সহর য়ৌরক্লগা কৃরিস্ন তৌবা য়াদে লৱাইবু ইস্ফালনা ঊাশক্তে হায়না চৎনরিবা চংনবা অহুগুম্বগী কাইদানি। অহুনা মসিগীদমক মতম মাঙলুনা কান্নদে. কুটব-মিনার (Kutb Minar) গী ৱারী হঞ্জিন্না এক্সপ্লোর তৌরুবনা ফৈ।

লম্মাংদোংগা বিষ্ণু-লাইশঙসিগী য়ুমশা-শঙশারোনগী ওইবা য়ুমশা-শঙশাগী ওংদা-কাইদাসি ম্যান্মাররোমদগী লাকপনি হায়নবসিমদি শেংলে। ৱাংফমসি মথক্তা ন্ম-হুম্না উৎপ্রবা চৈথারোন কুম্বাবগা ঈ-পাউগী ৱারোল -অৱা (AVA, 21·52 N 96·01 E.) গী অৱা-কিয়োং/ক্যাউঙ্ শাবা হৈবা (Architect of the

Ava/Burmese Kyaung architecture) মনিপুরদা থোক্কপ (চৈ: কু:, ১৯৮৯, ৭০) গী বাকম অসিনমু লৌশংপদা নত্তবা অনৌবা মতমগী থিজিন-ছমজিন্নবগী বাথক্লেন থমনমু ত্তেংবাংলি। ত্তেংবাং-বাপাং বারোলছৃদি : –

...... The corbelled arch employed here in the temple of Vishnu, Bishenpur, bears the same technique in the style mentioned above. The same arch can be seen in many of the buildings of Burma of the medieval period. Similar arches also can be seen in the PETTUK pagoda of Pagan (Burma) of the 11th century A.D. From the above similarity in brick masonry, the builders of Vishnu temple, Bishenpur may be attributed to the Burmese masonry.

(M.M., 1983,9)

অমিনি। অদুবু বারোলসিদা য়ুমশা-শঙশারোনগী য়ুমওং-শঙওংগী ওংদা-কাইদাবদি থম থাম্নায়নন থম্রে অমমুং য়ুমশা-শঙশাবা অদুগী মশক ত্তাক্কপগী মায়কৈরোমদ, চথরে, চৌনগা কনম মান্ন-রে। চাক চারবা হংলগা, য়েন্নপাং হাংত্তে, হান্না থুম্রে।

বিষ্ণু-লাইশঙ লমাংদোং অসিগী যুমশা-শঙশাগা ওংদা-কাইদাসি অমারোমমগী লাক্কবদি অবাগী করম্বা য়ুমশা-শঙশা-রোনগী য়ুমশা-শঙশাগী ওংদা-কাইদানো, অদুগা মনিপুরদনা মসিবু করি হায়রগা/কৌরগ শঙনরম্বনো/থঙনম্নিবনো? মাহং-শিংসি পাউথুম পীননবা অবা/ম্যাণ্মারগোমগী য়ুমশা-শঙশা মথলশিং

মথক্তা শম্পংনা পাউদমজগ্রে। অদুনদি মনিপুরগী বিষ্ণু-লাইশঙসিগী য়ুমশা-শঙশায়োন/কৈশ্যারোনগী কয়ম্বা ম্যাম্মা/ম্‌্যাম্মাগী য়ুমশা-শঙশাগী শঙওং-শঙদাগী ওংদা কাইদাদা চিংবগে হায়বসি লেপ-থোকপসিনি তঙাইফদবা, তৌদবা য়াত্রবা অমা ওইরিবসি। মতুংদমক থাম-পানদ্রুনা য়েংজবদি মিৎয়েংসিদা তারকপগী মতুং-ইন্না, হিন্দু-দেবতা লাংপা নত্রগা বিষ্ণুগী ময়ুম ওইহনবগী য়ারম অমদি য়াফমসি তোপ্পা থম্নগা বৌদ্ধিক বস্তুশিল্পকলা (Buddhist architecture) গী স্তূপা. মন্দির, প্যাগোদা. উমিন্‌নচিংবা লাইগী লৈকম, ঈরাং-থোনীকমশিংসি থনম্নগা হিন্দু ম্‌্যাম্মা/অরা বস্তুশিল্পকলাগী লাইশঙ/কু (Ku, cave) শিং, হায়বদি হিন্দুগী দেব-দেবীগন (Hindu gods and goddes-ses, লাংনবা লাইশঙশিংদা নত্রবদু বুদ্ধদেব (The ninth in-carnation of Lord Vishnu) লাংনরিবশিংদা মিৎয়েং চিংশিল্লকই অমদুং নকশিল্লকই। হায়রিবশিংসিগী মরু ওইরিবা মরম খরা চাংদমনা-খুদমহুনা,লৌথংপা তারবদি ঃ—

(১) মরাক-ময়ুং নাইনা মরাক-ময়ুংদু মাময়া (Square) লাইশঙ-শঙলেন (Sanctum/Cella) অদু মরীন হো-না হাঙবা লাই লাংকম (Shrine/Altar) লৈনবা/থম্মবা ওইবগিনা ম্‌্যাম্মাগী কূব অমসুং মৈতৈগী বিষ্ণু-লাইশঙ হায়রিবা অসিনা ওইননবা অমদি লোইননবা।

(২) চাংদম-খুদমরিবা মাক্কৈ অনিমক্তা কাকী হাইগৎ-তুনা মথক কুপ্‌পা [ Vaulted : Vault, I. n. (Archit) arched roof, continuous arch, set or series of arches whose joints

radiate from central point or line. 2. vault like covering . ...; arched apartment; arched or other cellar or subterranean chamber as place of storage of interment beneath church, or in cemetery (family v.) etc. 3 (Anat) arched roof of a cavity...(J.B.S., 1984,1189) : Arch. n. curved structure as support for bridge, roof, floor, etc. or as ornament; curvature in shape of arch... . ..., vault... ... (Ibid, 44) লাই-লাংকম/হৈহুন্-লৈহুন্কম ( পুজা-লাংজা তৌকম) অমমম্ লৈনবা ।

(৩) হায়রিবা [ মশীঙ (২) ] কাম্নী হাইগন্ড্না মথক কুপপা লাই-লাংকম অসিদা চঙননবা লমজঙকম অমমমথক্কা লাম্বা/লম্বানরিবা মায়কৈ অনিমকসিদ । লৈনবা/পায়বা ।

(৪) খুদম—চাংদমরিবা লাইশঙ মথল অনিমকসিদা লাই/বুদ্ধদেবগী মুর্তি/শক্তম (Image) অচু লমজঙকম অসিদগী থাপতোকখিবা নাকল/মায়কৈ (Side/Place) গী অরোয়বা মকম, কক্লাং থম থেংবদা লাংন-থমবা নক্রপা খিন্নন-লৈহন্নবগী মচৎ-মনাৎ মায়বা ।

(৫) লাইশঙ মথল অনিমকসিদা লাইশঙ-শঙলেনগী মন্নুংগী ওইবা অহাঙবা (Internal cube of space) শরুকশিংদু মথক্রোমদগী ওইরবম্ন, মথারোমদগী

ওইরবসু মপানগী ওইবা মওং-মতৌ (External structure) গী ফিবমদগী য়াম্না হেন্না চপশিন-খুজিন্‌বগী ফিষম-ফিরেপ্পা লৈনবা।

(৬) চাংদম্নরিবা লাইশঙ মথল অনিমকসিগী শঙ-শঙলেন-শিংগী চেক্লা চল্লিবা ফক্লাংশিংসি য়াম্না হেন্না থাবা অমসুং মথক্কী অরুম্বা পুবা ওন্নবা মওংদা শেম-শান্ন-ষ্বগী লীচৎ-শাঞ্জৎ মান্নবা।

অসিশিংসিনি। মথক্কী লাইশঙ মথল অনিমকসিগী য়ুমওং-শঙ-ওং, য়ুমশা-শঙশাগী মচং-মনাং অমসুং লীচৎ-শাজৎ, য়ুমশা-শঙ-শাগী শীজিন্নরিবা মপোং-মচৈ, কাঞ্চী-কায়াংনচিংবসিদা য়ুক্ষম ওইবসিগী মথক্তা বৌদ্ধিক বস্তু শিল্পকলাগী মায়কৈরোমগী ওইবা লাইশঙ-লাইয়ুমগী লীচৎ-শাজৎ, মচৎ-মনাংনচিংবগী—(১) চেক্লা পুমহৈ ওইনা শাবা (Solid brick-work) গী মওং-নতৌ লৈহনবা অমসুং (২) থাক-থাক নাইনা মথক্লোমদা ছুম্ন-জিন-ঙাম্‌শিনখিবা মরোন-মরোন্‌না লোনথৎপা য়ুক্ষম অমসুং শঙখোঙ কম্বাক্কী মথক্তগী লাইশঙ-শঙলেনগী শঙক্ষম হৌদ্রিবা ফাওবা থাঙ্গং-পুখৎলিবা মওং-মতৌগী লমচৎ-লীচংনসু শোগৎ-য়োকখত্তুনা লমাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙ অসি অৱা/ম্যাম্মার/বর্ম্মদেশকী ঙমখৈ-লমখৈগী য়াংমা মনিপুরদা লৈজরবসু ম্রাম্ম /বর্মা-গী হিন্দু লাইশঙগী য়ুমশা-শঙ্‌শারোনগী য়ুমশা-শঙশা মথলগী কূ (Ku) গী মওং-মতৌগী ওংদা-কাইদা (The style of the structure and form of the Ku-type of the Mramma/Burmese Hindu Temple Architecture) গী মহুং চল্লি। "কূ" হায়বা ম্রাম্মা/ম্যাম্মা/থাম্রন/অৱা/বর্মিজ মরোনগী

য়াহৈ অসিনা থঙনরিবা "লাইশঙ/লাইয়ুম" হায়বা য়াহন্দোক অসি, য়াহৈসিমক্তী লেন/মপুঙ ওইরিবা য়াহন্দোক সুরঙ্গ/সুরুং/চৌঙ্-লৈথুন/চৌঙ-মুং-ছুং (CAVE) হায়বসি, ইন্দিয়াগী কুপকঃ (কুফা : Cave-temple) হায়বসিদগী লোথরকপনি (K. M., 1983, 190) মথক্তী কোটেসনদা পীজখ্রে। অদুবু ম্যাম্মাশিংনদি মসিনা মখোয়গী লৈপাক্তা লৈবা হিন্দু টেম্পল-আর্কিটেকচরগী লাইশঙশিংবু থঙনবসিনা মসি (কু) গা মখলসিগী আর্কিটেকচরেল ষ্টাইল (Architectural style) হায়না পীরিবনি।

মনিপুরদদি হায়রিবা কু' গী মখলগা লাইশঙশিংসি য়ুমশা-শঙশাগী মওং-মতৌ অমসুং য়ুমশা-শঙশারোনগী মহৈ-মশীং-শঙওং-শঙদা, ওংদা-কাইদাবু কিয়োং (চৈ: কু: ১৯৮৯, ৭০, ৭১, ৭৬, ৭৮, ৮২, ৮৩, ৮৬, ৮৮, ১১৩, ১৮৯) / ক্যোং হায়না থঙনরকখি। মৈতৈগী 'কিয়োং' হায়বা য়াহৈদি অবাশিংগী য়াহৈ 'ক্যাউঙ' (KYAUNG) হায়বসিগী লোথৈনি, ক্যাউঙগী য়াহন্দোক্তা, প্রমার্থ ধর্ম্মাশ্রম নত্রগা সন্যাসাশ্রম (লম্ফোইবশিংগী লৈফম : Monastery) হায়বসিনা অশেংবনি অদুবু ম্যাম্মাশিংনা ক্যাউঙগা কোন্নবা লাইশঙ থর, থুদম ওইনা, মিমলাউঙ্-ক্যাউঙ কু/লাইশঙ ("Mimalaung-Kyaung Temple"), ক্যাউঙ হয়না থঙনরকপদগী ক্যাউঙ' য়াহৈসিসু 'কু' গী য়াহন্দোক চেন্নকখিবদগী য়াহৈসি মতোমতা লৈপ্লকপদগা মৈতৈনা মসিদগী কিয়োংসি থোথোক-থৈথরক্তুনা হায়নরকপা মাল্লি। মরমশিং অসিবু মিংয়েংদা থম্লগা বিষ্ণু-লাইশঙসিগী য়ুমশা-শঙশারোনগী মওং-মতৌ অমসুং ওংদা-কাইদ অসি মনিপুর/মৈত্র বাক্তী ওইবা মায়কৈদা লেপ্তুনা হায়বা/কৌবা তারবদি, শিনসু শিননবা চৈথুসু তেক্তুনবা, কিয়োংগী য়ুমশা শঙশা, য়ুমশা-শঙশাগী

মওং-মতৌ 'অমদি ওংদা-কাইদা অমসুং কিয়োংগী য়ুমশা-শঙশা-য়োননি,' হায়জনীঙই। অসুম্না কিয়োং আর্কিটেকচর অমসুং কিয়োং আর্কিটেকচরেল-ইন্ডিয়ানি হায়বসি চৈথাবোল কুম্থাবগী 'অশিবা বারোলশিংনস্থ শৌগৎ-পায়খৎলি। বারোলশিংদুদি—

(১) … …মসম 'মাইচৌপী কুম শক ১৬৬৭….. পোইসু থা… .. ১৫ নি পাকনবা শগোনশেন্দা বোংঙাকবা মতুং পুং ১ তেঙ্গোৎ থাংলৈদা শঙ্গায়রেন মথোন ৫ শুবা শাইএ। মথক্তা (ময়াঙতা) কিয়োং হাপএ/য়োংকী উচেক চিনএ। লৈরেন হাপএ॥…

(২) …… মোইরাং পালোইগী কুমদি শক ১৭২৭. …. কালেন থা ২ নি য়ুমশকৈশদা চৌরাশি থম্বা কৌবা য়ুম্বী ৮৪ শুবা শঙ হৌএ। য়ুমচাউস্নং মনাং-মমাঙ্ কিয়োং হাপএ। (মথক্তাসিদা, ১১৩, ১৮৯)

অনিসিনি। অসুম অসিনদি লাইশঙ ওইনা থঙনরবা বাহৈ অশিনা মৈস্নৈদা লৈতেং-লৈথেৎকী মরোল নত্রগা মথল ওনখ্রে অমসুং মসিনা ওংদা-কাইদা অমসুং পুংশা-লাকশা শঙনখ্রে।

অমরোমদা অমুক. অমাংদোং, মনিপুরগী বিষ্ণু-লাইশঙ অসিগুম্না লাইশু বিষ্ণু-ভগবান লাৎপা বিষ্ণু-লাইশঙ অমা ম্যান্মা-রগী থাম্নগী কোম্নং অমসুং সহর 'পাগান' দা লৈরি অমসুং মমিংনা নাট-হ্লাউঙ-ক্যাউঙ হায়না কৌই, মসিগী য়াম্না শম্বা ঈ-পাউ থরদি :—

Not only Buddhist art and architecture evidence intercourse between Pagan and North and

South India but also by the presencc of a temple dedicated to Visnu. The temple is known as Nat hlaung-Kyaung, (K.M., 1983,194).

অসিনি অমম্থুং লাইশঙসি খৃষ্ট কুমশীঙ চা ১১ শুবদা শাখিবনি হায়না এশিয়া-য়ুরোপকী অথঙ-অহৈশিংনা য়ানৈ। অহুবু নাট-হ্লাউঙ-ক্যাউঙ লাইশঙসিগা য়ুমশা-শঙশাগী মওং-মতৌদদি শাথীনা থেম্নবগী মচৎ ঊবা ফংই।

বিষ্ণু-লাইশঙসি শারম্বা শঙ্-শাবা-মা

মনিপুরগী লম্মাংদোংদা লৈরিবা বিষ্ণু-লাহশঙসি শারম্বা শঙশা-য়ুমশাবা মী (Builder or Brick Mason), খুৎহৈ-শীনহৈবা অহুগী লীথূন-থোঙ্নগা মমি অমতা মৈতৈ লাংরিক-শিং, হায়বদি পুরাণ/পুয়াশিংদা তাদে। অহুগা মনিপুরগী রোয়াল ক্রোনিকল এণ্ড এন্নালস (Royal Chronicle and Annals) ওইরিবা চৈথারোল কুম্বাবনম্বু অসিগুম্বা মৈতৈ মচা মিস্ত্রী (Mistry/Mason) অমতগী মারোল পল্লমদে। অহুবু লাইশঙ-সিগী চেকশু চেকচনবা, লাইশঙ-মন্দির শারম্বা মীশক/মীশকশিং অসি অরাগী মুঙশঙ-চেকশঙ শাবশিংদা মথোয়না শারম্বনি হায়না ঈকাই খুম্নবা নত্রগা মমিং/মিংচৎ পীবা য়াই হায়না ঃ—

...... The corbelled arch employed here in the temple of Vishnu, Bishenpur, bears...... in the Pettuk pagoda of Pagan (Burma of the eleventh century A.D. From the above similarity in prick work, the builders of

Vishnu temple, Bishenpur may be attributed
to the Burmese masonry.... (M.M. 1983,9).

লোন্দা অসুম্না পীবীরম্মী। অদুবু মতাংসিদা পুথৎচনীঙলিবা রাক্মদি খন্ন-নৈনবগী মনুংদা চঙলি-লৈরিবা য়ুমশা-শঙশারোন, য়ুমশা-শঙশা, য়ুমঙং শঙঙং ঙংদ -কাইদা অসি অৱা/ম্যাম্মা/ম্যাণ্মা-শিংগীনি, কবো (KABO/SHAN)/পোং (MAO-SHAN/ TAI-MAO) গী নত্তে। সিতা কনাগী মুপীনো হৎলগা রানা হোৎনদুনা জনক নিংথৌগী মচামুপীনি হায়দুনা খুম্নীরে অদুগা ম্যাম্মা/বর্মিজগী চেকশু-চেকচন হৈবশিংগী মহৈ-মশীংদুদা পীবদি য়াই, মখোয়গী মীশকশিংনা শাবনি/শাখবনি হায়বদুদি চম্মন্ন-বদা চম্মন্নবা হাপপীবনি মরমদি অৱাদা খুন্দাবা/লৈবশিংবু অৱা, মনিপুরদা খুন্দাবা/লৈববুনা মনিপুরিয়ান/মানপুরী হায়নৈ।

বিষ্ণুগী লাইশঙসি শাথিরম্বা য়াবা মতম অদুরাইদা অৱাগী খুংহৈ-শীনহৈবা আর্কিটেক অমতা মনিপুরদা থোকক্লখিবা, মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবগী মতম খৃ: ১৭০৬ তা থোক্লকখিবা (চৈঃ কুঃ ১৯৮৯, ৭০, ৭১) অদুগুম্বগী ঈ-পাউ অমতা মতুং তারকপদা লৈখিদে অমসুং মমাঙদা চৎখৎপদসু লৈখিদ্রি। মৈতৈনা 'ফুরা' শাবগী আর্কিটেকচর আসিসু অৱা/ম্যাম্মা শংদগী তম্বনি হায়বসি 'ফুরা' হায়বা ম্যাম্মা মরোনগী রাহৈসিতনা (K.M,. 1983,) মু খুদম-চাংদম ওইনা লেপচরবনি। অদুবু ফুরাগী য়ুমশা শঙশা-রোনগী ওইবা মঙং-মত্তৌ, য়ুমঙং-শঙঙং, শঙঙং-কাইদানচিংবদি কিরোংগীদগী মায়া তোম্নী হায়বা য়াই মসিনা চুম্নগী মরাক-মমুং নাইবা (Rectangular) নংত্রগা মাম্নবা (Square) মঙংগী য়ুমশা-শঙশা ওইরুই হায়বগী রাকমদমক ওইনা তৌই।

মনিপুরদা কিয়োংগী আর্ট অমসুং আর্কিটেকচর হৌদোক্লম্বা অমসুং মসিগী য়ুমশা-শঙশাগী মহৈ-মশীং উৎলম্বসি মৈদিংঙু চরাইরোংবগী সনাহাক্তুক্তা অরা (AVA. 21·52N.& 96 05 E) দগী নত্রগা ম্যাম্মাশিংগী লৈপাক্কগী লাক্লবা "অরা কিয়োং শাবা হৈবা" মীশক অহুনি, মহাক মৈত্রবাক থাদোক্লগা অমুক মরৈবাক/ময়ুমদা খৃঃ ১৭০৮ দা হনখি। মহাক্কী মতুংদা মৈতৈগী মবুংঙো পরিবনিরাক্লগী সনাহাক্তুক্তা নিংথৌসিনা অরা লৈপাক্তা লান্দাবা তুপহৌ হৌদ্রিঙৈ, মৈত্রবাক্কী অরা লৈপাক্কী নত্রগা ম্যাম্মাদিগা নিংথৌসিগী মতমগী ওইনা লৈপাক্কী থঙনবা নংত্রগা শকথঙ-মাইখঙবা নংত্রগা ঈ-পাউ তাব ; থৌদোক-রাথোক, শাথোক-লাম্হোক্লবা অমতা হৌদ্রিঙৈ নংত্রগা মরী অমতা লিংখৎনদ্রিঙৈ অমসুং খৃঃ ১৭১৭-১৮ গী ফোংদা/তোমফাং হিদেনগী খুৎথীনবা লাম্হোক থোকখিদুনা লানফমহুদগী অরা অচঙবা/অহিংবা মুপা ৯০ অমসুং মুপী ১১ ফাদ্রিঙৈ (চৈ:কু: ১৯৮৯, ৭৮-৯) গী মথাঙ খৃঃ ১৭১৬ গী জনুয়ারী থা (রাকচীঙ নোংমা পানবা) দ। মনিপুরদা কিয়োং শাবা অমুক হন্না হৌগৎলবনি (মথক্কীসিদ, ৭৬)। রাকম অসিনা তাক্লিবদি মৈদিংঙু তুবী চরাইরোংবগী মতমদা লাক্লবা বর্মিজ টেম্পল আর্কিটেকচরগী ক্যাউঙ আর্কিটেক, চহি অনি (চহি ১ থা ১১ মথায়) রোম ফায়রম্লিবা অসিগী মতুংদা কিয়োংগী আর্কিটেকচরগী মহৈ-মশীংসি লৈহৌরে, হায়বদি কিয়োং শাবা হৈবা মী লৈহৌরে/লেরে হায়বনি। কিয়োং শাবা হৈরিবা মীশক/মীশকশিং অহু — (১) হান্না লাক্লবা কিয়োং আর্কিটেক আদগা লাকমিন্নবা, লোইনরকপা অরা/ম্যাম্মা মচা ওইরবা আই, অহুবু মহাক অমুক মরৈবাক্তা হনখিরে; মৈত্রবাক্তা শুম্নাঙে, মৈতৈ

ওনথ্রে/ওইথ্রে, বখিক মচাখি থাম্বা য়াক্রে নংত্রগা- (২) হান্নগী কিয়োং আর্কিটেক অচুনা— (A) তম্বীরম্বা মহৈরোই/ছাত্র/সেবক (Student/Disciple) নত্রগা (B) মহাক্না থবক শুবদুদা য়াও-হৌ-তুংইনহৌবদগী খুঙহৌ-হৈহৌবা— (a) মৈতৈ ওল্লবা i) কবো মচা, মৈতৈ কবো-মচা (খুদম ওইনা, থাঙজবা চেকশা/চক্রপানী গুম্বা : Shan/Tai ethnic people converted into the Meitei/Mei-Tai, man of the Tai) নংত্রগা (ii) অৱা-মচা, মৈতৈ-অৱা-মচা (খুদম ওইনা, খ্রামন অঙোম-শাগেগী হুপা অমা, অনি : Mramma/Myanma/Kan-ran/Khami etc. ethnic people converted into the Meitei) নংত্রগা (b) মৈতৈ-মচা কোনশেং (The native people/man belonging to one of the seven Yeks or colour totemic clans of the local ethnic people known under the title, of the Meitei) ওইরম্বা য়াই। মরম অসিনা অৱা-মচা চেকশু-চেকচনগী মিস্ত্রীদা/মিস্ত্রীশিংদা বিষ্ণু-লাইশঙ, লমাংদোংগীসি শাবগী মমিং/মিংচৎ পীবগী মহুত্তা মৈতৈ-মচা চেক্নী শীনশু-থুংহৈমদা মমিং পীবসিনা শাক্নগনি।

---

# ৱারোয়-ৱাতেম

মনিপুরগী লমাংদোং/বিষ্ণুপুর/বিশেনপুরগী বিষ্ণু-লাইশঙ (Visnu Temple of Bishenpur, Manipur) সি ইন্দিয়া গোভর্ণমেণ্টকী সেন্ত্রেল আর্কিওলোজিকেল ইন্ষ্টিটুসন, আর্কিওলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিয়া (Archaeological Survey of India A S I.) গী প্রোটেক্সন অমস্থং প্রিজার্ভেসনগী মথাদা খৃ: ১৯৫২ দগী চঙশিনবনি। মসিগী মরমদা অকুপ্পা মরোলশিংগা লোইননা পীবীরম্বা মীয়ামদা লাউথোকপগী ৱারোলগী ৱা মচঙদি :—

OFFICE OF THE MINISTRY OF EDUCATION (ARCHAEOLOGY)
GOVERNMENT OF INDIA

No SR.O./2843 Delhi, the 4th Nov. 1952

The Government of India is satisfied to declare under Sub Section (1) of Section (3) of the Ancient Monuments Preservation Act, 1904 (VII of 1904) that the temple of Visnu at Bishenpur, Manipur as protected as per Schedule bellow ;—

## SCHEDULE

1. Mauza Circle : No IV, Bishenpur Tehsil.
2. Description of
   the monument: The temple of Visnu at Bishenpur.

3. Survey Plot : No 1148.

4. Area in acre : 6·06 only.

5. Ownership : 1 Laisram Ningol Ningthoujam ongbi Rajani Devi w/o Asangbi Singh of Bishenpur-Kha,
   2, Laisram Irabat Singh s/o the late Modhur Singh of Bishenpur-Kha.

6. Boundary : N. Plot No. 1149—Footpath.
   S. Plot No. 1147—Ningombam Mangol, widow of Bishenpur-Kha.
   E. Plot No. 1156—Food-path.
   E. Plot No. 1290 Laisram Madhu Singh
   E. Plot No. 1407 —Fanjoubam Paka Singh.
   W. Plot No. 1145—Nongmaithem Yaima Singh
   W. Plot No. 1146 ·Laisram Thamboumacha Singh,

অসিনি। হায়রিবা ইন্দিয়া গোভনমেন্টকী ডিক্লেরেসন অসি ইন্দিয়া গোভর্ণমেণ্টকী গেজেট্ট (Gazatte, Part II-Section 3) তা থা অছুগী তারিক ৮, হায়বদি নবেম্বর ৮, ১৯৫২ দা ফোং-দোক্নুনা পাউয়েনখি · হায়রিবসিগী মমাঙ-মতুংদা লাইশঙ-সিবু ঙাক-শেন্নবা লৌথংখিবা মনিপুর গোভর্ণমেণ্টকী য়ারোল-শিংগী মরক্তগী লৌথংপা য়াবা য় মচঙনা—

**THE MANIPUR ADMINISTRATION SECRETARIAT (REVENUE)**

**GOVERNMENT OF MANIPUR**

No. R/7/52/266 Imphal, the 6th Dec. 1957

The Chief Commissioner of Manipur is pleas d to declare under the provisions of Section 6 of Act I of 1894 (Land Aequisition Act, 1894) that the land within the boundary described below measuring more or less 1 B. 4 K. 2 L in the Village Bishenpur would be taken by the Government at the public expense for the preservation of the ancient monument Visnu temple at Bishenpur. The land in question was accordingly acquired for the said purpose.

**SCHEDULE**

North —Village foot-path.
South—Mangol Devi's Bari Land.
East —Village foot-path.
West—N. Yaima Singh's & N. Amusna's Bari Land.

অসিনি। অসুম্না মীয়ামদা লাউথোকপা অসি মনিপুর গভর্ণমেণ্ট-কী গেজেট্ট .(Gazatte No. 71, Imphal, Wednesday, December 11, 1957, Agrahayan 20, 1879) তা ফোংদোক্লুনা লৈপাক মীয়ামদা পাউজেন্দুনা থঙহনখি। হায়রিবশিংসি হৌজিক-হৌজিকমক চংনরি অহুবু বিষ্ণু-লাইশঙসিগী শায়কখিবা, শ্রীবিষ্ণু লাংলকখিবা অমসুং লাংলম্বা, লাইশঙসিগী য়ুমশা শঙশায়োনগী ওইবা মওং-নতৌ অমদি ওংদা-কাইদা, শায়ম্বা য়ুমশা-শঙশাবা মী/মিস্ত্রীনচিংবগী মরমশিংদা চম্মন-চনৈন্-বগী অমংবা নোংগী মপৈনা কুপশিন্দুনা লৈরি অমসুং থম্মি। মরৈ-পাক সুংশিবা, মরৈপাকী, মজাতিগা অমসুং মশাগী মপোৎপু, ময়লবু হেন্না য়াংহন্নীঙবা, লাইহন্নাঙবা অমসুং ফহন্নীঙবা হায়রিবশিং অসিদা মিত্রং অমমমদি ময়াওরে, মহুনা থুন্নাইদা, থুন্নাই—মচা-শিংদা চংনরকপা অমসুং থায়নদগী/মমাঙৈঙেদগী হায়নরকপনি হায়হুনা য়ায়ী কয়ামরুম লাই-তীনগী ওইবা (Myth & Mythology), লাইওই-তীনওইবগী ওইবা (Legend & Legerdemain), লাইনীঙ-থুজীন্-থোয়াংগী ওইবা (Wishfully religious generative invention), লাইনীঙলোনগীদমক ওইবা মহৈ-মশীংগী ওইবা (Academic/scholastic theological invention), লাইনীঙলোনগী লৌনমগী ওইব (Deceptive theological school of philosophic myths & legernds) নচিংবগী মতমগী ওইনা ঈমায়থক্তা তাউথংনরকই। মথোয়না হাইফেত্তং কুপথিব। নোংথাঙবু অমসুং অপাইবা লৈচিনবু নোংশিংকী অমসুং সুমিংকা মঙানা মওং-মতৌ অমসুং মচু-মমেন্ ওনহন্নীঙবা-ওইহন্নীঙবা হোংহনবগুম ওইহল্লি। অহুবু শাফুনা

অচুম্বা চৎপা অমসুং অশেংবা হায়বা মীশিংদি থক মীনমদে হায়ক-সিমদি চুম্নবনি।

লমাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙ অসিসু মীওইবগী খুম্নাই অমদা লেপ্লিবা, মীনা শাবা, মীনা তৌরম্বা থবক্তা মহৈ ওইখনিনা মীখুৎ চঙদবা অমসুং মীহু চাদবা হায়কহুম্ন থক ওইদে, তৌইগুম্ব-সুং লাইশঙসিনদি মশানা মশাবু মীনমজদে অহুবু মশামা মশাবু মীনমজংবা মীওইবনদি ম.সবু লৌনম তৌখীরী। অহু ওইনসু মৈবু কিনা কুপ্ পা য়াদে, মরমদি অচুম্বা হায়বসিদি ঈশ্বর/য়াইবীরেন মহাক মশামক অহুনি, মহাক অমা লৈ হায়কসিদি মীওইবনা হেক য়াথল তারকপদগী নীওনরক্লবনি। মরম আসনা বিষ্ণু-লাইশঙ-সিগী অচুম্বনি-অশেংবনি হায়না থঞ্জ-লৌজবা য়াস্নোম-য়াতেম বারোলশিংহু মথাদা পরেং লেংজরি :—

(১) লমাংদোংগা বিষ্ণু-লাইশঙসিদা লাৎলম্বা বিষ্ণুসি পোং (Pong=Mao-shan/Tai-Mao ethnic people capitalized at the present town of Mogaung, administering a State/Principality in the dominion of the Shan States of the 15th century A.D. নিংথৌ চৌফা খেখোম্বা/খেকখোমবা [Chou/Chao-Hpha/Hpa Khek-Khomba (Chao/Sao Ngan-Hpa) গামহাক মশানা মৈতৈ-গী মবুংঙো কিয়ামবা/ক্যাম্ব (চৈ. কু. ১৪৬৭-১৫০৮) দা পীরম্বনি হায়বা 'য়াই' (A gem or Jewel) অসি পোং নিংথৌ মচিন-মমাউ অনিগী ময়াম্বা মহিপাল (চৈ: কু: ১৯৮৯, ১১৪) নী মৈতৈ-গী মবুংঙো গরিবনিৱাজদা পোং নিংথৌ খেখেম্বগী য়াইনি হায়ি-হুনা কুচুদা খৃঃ ১৭৪০ (শক ১৬৬২ গী ঈঙেন থাগী নোংমা পানগী)

দা পীরম্বনি (মথক্কীসিদা, ১০৫)। য়াই অসিন মোহর ৮৩ মা শাবা স্নাগী কাগোক, ভথেন থুম্ব শাবা অমদা হাপ্পুন। পীরম্বা মাপ্লি (মথক্কীসিদা, ৪২৮) অত্তুবু অয়ানবা পাউ শন্দোকপা পাম্বা খরগী কলম মচীন্দগী তোকঙানা ময়ামদা অশেংবা ঈ পাউনা মত্রায়দা থম্লকী, থায়নগী চংনবা শাবগী ক্ষমদা নাথেখিবশিংগী মচীন মেল্লবা য়াদে, মথুং ফাকবা ঙমদে, মরমদি ডিমোক্রেসীগী সিটিজনসিপকী ফান্ডামেন্টেল রাইটনা পীবি "ফ্রিদম অফ প্রেস স্পিচনচিংবা"।

(২) মানপূরদা বিষ্ণু লাইশঙসিগুম্বগী য়ুমশা-কৈশাবু কিয়োং কোৎবা/হায়বা খৃঃ ১৭৮৬ তগী হৌরগা খৃঃ ১৮২৮ গী মতুংদগীদি মসিগী য়ুমশা-শঙশারোনগী ওইবা মওং-মতৌসিবু অমসুং ওংদা-কাইদাসিবু য়ুমশং শঙওংগী লৈতেং ওইনা থমগ্রগা (মথক্কীসিদা, ১১৩) হাননা লাইশঙবু থঙনবদ্বা রাহৈ/মমিং 'ফুরা' হায়বাসিনা খৃঃ ১৭১৯ অমসুং ১৭৩০ দগী 'লাইশঙ' হায়র্বসিগা লোইননা থঙনরকখি (মথক্কীসিদা ৯০)। মতুংদগাদি রাহৈ/মমিং অনিসিগী মরক্কগী 'হায়নীঙবা অমা হায়রগা চেকশঙ-লাইশঙশিংবু থঙন-রকখি।

(৩) মনিপুরদা কিয়োংগী য়ুমশা-শঙশাগী চেকশঙ-লাইশঙ থাঙ্গদগী ঈহান হান্না শাগংখিবসি চৈথারোল কুম্বাবগী ঈ-পাউগী মতুং ইন্না খৃঃ ১৭০৬ তান (মথক্কীসিদা, ৭০)। মরম অসিনা বিষ্ণু-লাইশঙ অসিবু শাবগী মতমসি খৃঃ ১৭০৬ সিদগী ঙনখৎহন্নবগী মরম চাবা থুদম চাংদমগা কোন্নবা, শোগৎনবা মচাক শুপলৈ লৈতে। ঙসি-ঙরাংগী লোন্দা-পূদা য়াওবা লাইরিক থরনা চানবুঙ-চীনফাদা পুথরকগা ৩ংনবীগী মনাৎ শাহুনা পঙইদা

ইশিনবন্থু মেটরিয়েল কলচরশিং, কলচরেল মেটরিয়েলশিং অমস্থুং মৈতৈ-হিন্দু লাইনীঙলোন্গী অচুম্বা ইতিহাসনা পাম্মিসন পীদে।

(৪) বিষ্ণু-লাইশঙসি শান্নিবা পোৎচাক "চেক" অসি শাবা মনিপুরদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতম (খৃঃ ১৫৯৭–১৬৫২) সিদা অহুগ। চেক্লা শাবা শঙ, চেকশঙ, চেক্লা শাবা লাইশঙ 'ফুরা' লাইয়িম/লাইয়ুম শাবস্থু মৈদিংঙুসিগী মতমদা হৌদোকখিবা ঙাক্তনি হায়না চৈথারোল কুম্বাবনস্থু চুঙ ওইনা লেপ্লি (মথক্কীসিদা, ৩২, ৩৬)। অহুগা বিষ্ণু-লাইশঙ শাবদা শীজিন্নরিবা চেকশিংসি অথেংবা মতম হায়বদি খৃঃ ১৭৪০ গী মতুং খৃঃ ১৮১৮ গী মমাঙগী মতমদ শাবা চেকশিং ওইগনি অহুবু অকোনবা-অকোয়বা চেক মচা খর লাইশঙসিগী মমুংগী ওইবা মঙৎমতৌদা য়াওরিবা/শীজিন্নরিবশিং অসিগীদি অশেংবা মতম লেপ্পদি ঙমদে অহুবু ওল্লবদা খৃঃ ১৭৫০ গী মতম, মৈদিংঙু গরিবনিৱাজনা য়ামনগর থাঙমই/থাঙব্রাই হৈঙাং কোম্মুংদা পানবা/লৈবা মতম খৃঃ ১৭৫০ (মথক্কীসিদা, ১১৯-২০) অসি য়ৌগনি হায়বসিমদি থাজবগী য়াংমদা লৈ, থিজিন-হৃমজিনবগী মথাদা থমজরি।

(৫) বিষ্ণু-লাইশঙসি, অহানবগী মমিংদা ঙাঙোম ফুরা কৌরম্মী হায়, ঙাঙোমসিদি লোম্বৈনিনা, য়াম্না থেংনা ইবীরম্বা 'ঙাঙোম ফুরা' পুরান/পুয়াসি কুপথবা মিৎয়েংদা চঙথোন্না থিজিন-হৃমজিন্দুনা য়েংবা, স্রুটিনী তৌবদা খৃঃ ১৯৫০ গী ওক্রমনক্রগা মতুংদা কনাগুম্বা অমনা হায়জবদগী কনাগুম্বা অমনা ফমুংদগী শুংবা মাল্লি, য়াহৈ-য়াতা, লোন্দা-পুদা, থব্বে'ান/বনানগী পথাপনচিংবনা যাদে, অইবা শায়থসি মগুণ চাওই, তোম্বাচাওবা, মতম-মতমগী পোৎ পুথোকই। অহুনা বিষ্ণু-লাইশঙসিগী

লৈকমদি ভাংভোমগী ঈংখোল্দা লৈরম্বা য়াই, ভাংভোম্না শাবম্না, শাদয়রা হায়বহুদি ছায়জবা ওমজদে, মরমদি বিষ্ণুদি খৃঃ ১৭৭৭-৭৮ অহুরাইদগী নিংখৌ'-লাই ওইকুরম্বা য়াবা লৈরি, লাইয়িংখৌ সনামহীগা লাংমিন্নরকই হায়রি চৈথারোল কুম্বাবনা (মথক্তীসিদা, ৩১১) অহুগা লোজাক অমনা গোবিন্দগী প্রসাদী/লুকমন সনাম-হীদা লুক চল্লি হায়রি (রাঃকুঃ সঃ, ১৯৮০, ৭১)।

(৬) লম্মাংদোংগী বিষ্ণু-লাইশঙসিদা বিষ্ণু লাংপা হৌরপসি খৃঃ ১৭৭৮ গী মতম অহুরাইদা ওইরম্বা য়াই অমসুং লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর খোনখিবসু মসিগা মরী লৈনবনা বিষ্ণুপুর খোনখিবগী মতমসিসু মন্দিগা থংমুন-নাউমুন ওইগনি।

(৭) বিষ্ণুপুর/বিশেনপুরগী বিষ্ণু লাইশঙসি শাখিরম্বা য়াবা মতম অসি, ঈশানা-ঈশাবু মীনম্নোয় হায়না রাশক্লগা হায়বগা মহুত্তা ঈশাগী ঈকাই খুমববু ময়েং তাহল্লোয় হায়বসিদং পুক্রীঙদা লেপ্পীরগা মৈতৈ সমাজ/খুন্নাইগী লৈঙাক্লোনগী, খুন্নাই-ল্লোনগী, খুন্নাই-লাইনীঙলোনগী অমসুং শেনকা-শেনচংলোনগী ইতিহাসক্তা মিংয়েং থম্বীরগা হায়বী-তাকপীরকপা তারগদি পুম-চুম্বক চুমত্রগসু অচুম্বগী মনাক থর মখেদি মনক্লগনি হায়না থাজজে। চাবা তুমত্রবা ফিলোসোফী, মিক্তা উং চায়রিবা হায়নবী-চংনবী মানহনবা থায়নগী রারোল, মোপ্রুং শানবা হৈবগী অয়াঙবা রাখল, নাকোঙনা তাবগী ঈ-পাউনচিংববু তুংদা থম্বীরগা মতম লেপপীয় বিষ্ণু-লাইশঙ শাখিবগী। থম্ন-নৈনবগী পন্‌গো-য়মুং অসিগাদি মথক্তী রারোল ময়ামসিদা তোংজরগা লৌক্লরিবা মতম তাংকক্তি খৃঃ ১৭৭৬-৭৮ গী মতম অসিদনি।

(৮) বিশেনপুরগী বিষ্ণু-লাইশঙসি চেক্কী মখোন্ অনি-থক্কুগী ওইবা মথক-য়ুমথক্লা চেক্কী ডোম/কিয়োংনা কুপ্পা, লমজঙ-শঙতপ্পা থা মায়কৈদা লৈহুনা লাইশঙ-মায়ওন থা মায়কৈনি তাকপা কিয়োংগী মওংদা "ফুরা" নত্রগা 'লাইশঙ' হায়না লাইমিংগ, নত্রগা য়ুম্নাক মমিংগা কোন্নবা লাইশঙনি। লাই-শঙসি মনুং-মপান অনিমক মরাক-ময়ুংনা চীথেক মরি নাইবা লাইশঙনি। লাইশঙ মনুংগী য়ুমশা-শঙশাদা চেক্কী অকোনবা/অথোয়বা মকোনগী কাঞ্চি ফৈরেন মানবনা মথক্কী ডোম/কিয়োং-গী অকোয়বা য়ুম্ফম (Base) পুবা লাইশঙনি। লাইশঙসিগী য়ুম্ফম মশারোমদা ঙামশিন্না মরাক-ময়ুং মান্নবা চীথেক ৪ নাইবা, মহুগী মথক্তা অমুকস্থ মশারোমদা পৈশিন/কৈজিন ঙামশিনবা চেক্লোন্না মথক্লোমদা পুখৎপা শঙখোঙ ফম্বাক লৈবা অমসুং ফম্বা-কুগী মথক্তা চেক্কী মরেপ্পা হেনবা, মতোন অতিয়াগুম কোম্থবা য়ুমথক্লা মকোক-কোক্লেন, মতোন-তোপ্লেন ওইবগা লোয়ননা লেপ্লিবা লাইশঙনি। লাইশঙগী লমজঙ-শঙতপ্পা মশাগী শরুক মরাক-ময়ুং নাইবদা ময়ুংনা হেনবা, মথক-য়ুমথক্লা লাইশঙ-শঙলে-নগী য়ুমথক্কী মওং-মতৌহুমক্তদা ময়ুংনা হেল্লপ কোয়বগী অকোয়বা খুংকোয়হুগী ডোম্না কুপ্পনি। লাইশঙ-শঙলেনগী ফক্লাংশিং পুম্নমক কাহেন্না থাবা, ফক্লাংদা হুংস্থ হুত্তনা হুংপা মানহনবা থোঙনাউ অহুম, থারোমগীদা অমা অমসুং মহুগী নাকন য়েং-ওয় ওইরিবা মায়কৈ অনিদা মায়ওলোমগী শাজিন্নবা থোঙনাউগা মাংবদমি মাম্নবা, শাংবা/ময়ুংদকি মান্নদবা থোঙনাউ মতৌ মানহনবা অশেং-বদি নত্তবা থোঙনাউ অনি পানবা মওং-মতৌগীনি।

(৯) বিশেনপুরগী বিষ্ণু-লাইশঙ, মনিপুর. অসিগা মাম্নবা

য়ুমশা-শঙশারোনগী ওইবা লাইশঙ, শঙলেন নত্রগা শঙ অমতা ইন্দিয়া মনুংদা য়াওদে। মসিগী য়ুমশা-শঙশাগী মওং-মতৌ অমসুং কাইদা-লাক্কা ইন্দিয়াগী য়ুমশা-শঙশারোনগী মহৈ-মশীংদা নংত্রগা লাইরিক-লাইশু (Indian Architectural Art and Scriptures/Books) দা য়াওদে অমসুং ইন্দিয়া অপুনবসিগী মনুংদা মতোমতমক ওইবা/লৈবা, নাইতোম তোমর্থান ওইবা লাইশঙনি।

(১০) লাইশঙসি য়ুমশা শঙশারোনগী ওইবা মওং-মতৌ অমসুং ওংদা-কাইদা অসি ম্যান্মারগী হিন্দু লাইশঙশিংগা চপ মান্নবদা ম্যান্মার বুদ্ধিষ্ট আর্কিটেকচরগী স্তুপা অমসুং প্যাগোডাগী মথলগী (Stupa and Pagoda-type of Myanmar Buddhistic Architecture) ওংদা-কাইদা (Style) থরম্ম য়ানশিল্লি। অসিগুম্বা য়ুমশা কৈশারোন, মওং-মতৌ অমসুং ওংদা-কাইদাবু ম্যান্মারদা কু/ক্যাউঙ আর্কিটেকচর (Ku/Kyaung Architecture) হায়না খঙনৈ।

(১১) ম্যান্মারগী টেম্পল আর্কিটেকচরগী ক্যাউঙশিংবু মৈতৈনা কিয়োং হায়না কৌনবনিন, লম্মাংদোং/বিশেনপুরগী বিষ্ণু-লাইশঙ অসি মৈত্রবাক/মনিপুরদদি কয়োংগী য়ুমশা-শঙশা অমসুং য়ুমশা-শঙশারোনগী মওং-মতৌ অমসুং ওংদা-কাইদা (Kiyong Architecture and Architectural Structure/Building/Temple and Architectural Style) হায়না মিংথোনবা অসিনা শাফগনি অমসুং কোমগনি।

অসুম্না বিষ্ণুপুর/বিশেনপুর, মনিপুরগী বিষ্ণু-লাইশঙগী য়ারোয়-য়াতেম লাকপসিদা লাইশঙ অসি শাখিবা য়ুমশা-শঙশাবা মী, খুংহৈ-শীনহৈবা মিস্ত্রী/মহাক অদু মৈতৈ মচা মশেন্নি।

মৈতৈ ঈপা-ঈপুগী য়াহৈদা - "মৈতৈ মচাদি মখুত্তা মথীবোঙ পাল্লি'' অমসুং ওখানা তঙ্গীবদি খিত্তনি মখানা হৈজবনা অয়া-ম্বনি' হায়বচুগী খুদম পীদুনা লেপ্লিবা লাইশঙ অসি অমসুং মহাক্কী মচীন-মনাউশিং— (১) ব্রহ্মপুর গুরুঅরবম লৈকায়, ইক্ষালগী মদনমোহনজী, কৃষ্ণগী লাইশঙ, (২) ব্রহ্মপুর নাহাবম ফুরা মখোঙ, ইক্ষালগী লৌবুকতোংবগী শ্রীকৃষ্ণ-লাইশঙ, অমসুং মোংবহনবা/মহাবলী চয়োক/উমং, ইক্ষালগী হনুমান ঠাকুরগী লাই-শঙ, মখোয়গী য়ুমশা-শঙশারোন মহৈ-মশীং, য়ুমশা-শঙশাসি ম্যান্মার/অয়াগী থুংহৈ-শীনহৈসনা উঙ্গীরম্বনি, মখোয়গী আর্কিটে-কচর ষ্টাইলনি। বাইজেন্টাইনশিংনা হৌদোকপা অকোনবা কৈরা (Arch) শিংনা শেম্বা কৈরেন কাঙ্কী (Pendentive) পুদুনা শীজিন্নরক্ই হায়দুনসু য়ুরোপকী রোম, গ্রীক্সনচিংবা লমদমশিংগী মচাশিংনা পুরিবা অকোয়বা মকোয়-তংখায় (Hemispherical or Half Spherical dome) না য়ুমথক কুপলিবশিংগী অকোয়বী মকোয়-তংখায়গা ওংদা কাইদাসিগা লৌনায়বা য়াথল্লোন থেম্মৈ— য়ুরোপলোমগী মালেমগা মথক্তগী উপথয়াক্লবা মীওইবগী কল্পনা/ য়াথলগী লাইশিংগী লেক্ষম স্বর্গ/লাইরেপাক (Heaven)ন লৈরিবা নোংদোন (Sky) নি (B.C., 1992, 335)। অদুগা ম্যান্মার-না চংবা এসিয়াগা লৈপাকশিংনা লৌরিবনা গৌতম বুদ্ধগী অশিবা হুকচাংগী লেমহৌবশিংগী য়ুক্ষম-লৈপুঙ অমসুং মহাকী কোক্তী শরুক অমদি শমগী মঙং-মতো (Ushanisha : Head-geared hair style) অসিনি (Ibid 21)। মরম অসিনা মনিপুরগী কিয়োং য়ুমশা-শঙশা মথলগী মওং-মতৌ অমসুং ওংদা-কাইদাসি অথাপ্পা নোংচুপলোমগী নত্তে, অনকপা নোংপোক্লোমগীনি।

B. Kulachandra Sharma
5-2-1998, 4 p.m.

# মরী-মখোঙ তাকপা লাইরিকশিং

১। খো: প; ১৯৯৭ = খোংনাংথাবা প্রেম. লমলোং কৈথেল : থাইনগী নিংশিং থুদম অমস্তুং শারস্বগী মওং-মতৌ (সেমিনার পেপর), ইম্ফাল —১৯৯৭।

২। চৈ: কু: ১৯৮৯ = লাইরেনময়ুম ✓ইবুংঙোহল সিংহ অমস্তুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ : চৈথারোল কুম্বাবা, ইম্ফাল—১৯৮৯।

৩। রা: কু: স: ১৯৮০ = রাজকুমার সনাহল/আমিনস্না/গুনেশ্বর সিংহ : মনিপুরগী গোবিন্দ নিপ'ন, ইম্ফাল—১৯৮০।

1. A.S.I., 1984 - Archaeological Survey of India Ancient India, Bulletin No. 6., New Delhi—1984.

2. B N.L. 1988-89-B.N. Luniya ; Life and Culture in Ancient India, Agra —1988-89.

3, E. T, 1992—Edith Tomory : A History of Fine Arts In India and The West, Madras--1992.

4. G. L, 1986—Gosta Liebert . Iconographic Dictionary of India Religion, Delhi—1986.

5 J. B. S., 1984—J. B. Sykes : The Concise Oxford Dictionary of Current English, Bombay 1984.

6 K. M. 1983—Krishna Murari : The Cultural Heritage of Burma, Delhi -1983.

7. K.V S, 1972—K V Soundara Rajan : Indian Temple Style, New Delhi —1972.

8 M. B, 1963—M. Bhattacharyya : Gazetteer of India—Manipur, Calcutta —1963.

9. M. M. 1983—Mutua Museum : Bulletin No. 3, August, 1983; Manipur Temple Architecture, Imphal —1983.

10. P.B.,5—Pery Brown : Indian Architecture : Buddhist And Hindu Period (5th Edition).

11. R. K. S. N D --Radhakrishna Sachadeva : Gouraba Hindi – English Shabdakosha, New - Delhi not dated.

12. S. N. C. 1984 S N Chowdhury : Mulberry Silk Industry, Shilong 1984

13 V.S A. 1993 Vaman Shivram Apte The Student's Sanskrit English Dictionary, Delhi—1993.

---

